# অলঙ্কার-কৌমুদী

৺অরিবম ব্রজবিহারী শর্ম্মা

# অলঙ্কার-কৌমুদী

—:O:—

লাইরিক লেংবা—

**৺অরিবম ব্রজবিহারী শর্ম্মা**

কাব্য ব্যাকরণ স্মৃতিতীর্থ, গোল্ডমেডালিষ্ট,

রিটায়ার্ড অধ্যক্ষ, ইম্ফাল টোল, গোভর্ণমেণ্ট অফ মনিপুর।

মমল লুপা ১৫.০০

ফোংজবা—
শ্রীঅরিবন নবকান্ত শর্ম্মা ।
ব্রহ্মপুর নহাবম, বামোন লৈকাই ।

৭শুবা থুৎনম—কোপী ১১০০
১৯৯২ ইং ওক্টোবর

নম্ফম
জে, এম, প্রিন্টিং ৱার্কস,
য়াইস্কুল জন্মস্থান লৈকাই, ইম্ফাল ।

স্বত্ব পূয়মক অফোংবগীনি ।

## উৎসর্গপত্রম্

পরমপুজ্যপাদস্য
সারস্বতমণ্ডলে ছাত্রসংসদিচ লব্ধপ্রতিষ্ঠস্য
অধ্যাপকপ্রবরস্য

ব্রহ্মপুরটোল নামক রাজকীয় সংস্কৃতবিদ্যালযাধ্যক্ষচরস্য
ব্রহ্মপুবগ্রামবাস্তব্যস্য দার্শনিকস্য বিদ্যাভুষণ মহামহিমোপাধ্যায়
ইত্যুপাধিবিভূষিতস্য ব্যবস্থাকারী
ইত্যুপনামালঙ্কৃতস্য মচ্ছিক্ষা
গুরোঃ কৃতার্থনাম্নঃ

**শ্রীপরিক্ষিদ্ দেব শর্ম্মণঃ বহোদয়স্য**
করকমলযোঃ

**অলঙ্কার কৌমুদী**
ইযমুৎসৃষ্টা
ভক্তিপ্রণামপুর্ব্বকম্ ।

শ্রীশ্রীচরনাশ্রিত সেবকাধমস্য
৺ব্রজবিহারী দেব শর্ম্মণঃ
ব্রহ্মপুর নহাবম ।

# খাহৌদোক

ঈরৈবাক্কী সাহিত্য পাঠক অমসুং পাঠিকাশিংগী মফমদা ঐনা নোল্লুক্লা নীংশিংজরি—সংস্কৃত সাহিত্যদা অলঙ্কার মখল অনী থোক্লা খায়রি—শব্দলঙ্কার অমসুং অর্থালঙ্কার। অনী অসিবু অমুকস্মু মখল কয়া কয়া থোক্লা খায়দোকই। মখল খুদিংমক্লা সাহিত্যবু তোঙান তোঙান্নবা মরোঙদা ফজহল্লি। অসিগুম্বা ফজবগী শরুক অসি মণিপুরী সাহিত্যদা মমিদা ওইরবস্মু তাহঙ্গবা ভমগত্রা হায়বগী-দমক **অলঙ্কার কৌমুদী** হায়বা লাইরিক মচা অসিমতং ফোঙ-দোকচরি। লাইরিক অসি ফোংদোক্লবগীদমক "ডাইরেক্টর অফ ইডুকেসন, গভর্নমেণ্ট অফ মণিপুর" না লুপা ৩০০ ঈতেং পীন-বিখি। মসিগীদমক ঐনা হন্না হন্না ধন্যবাদ তৌজরি।

অরোইবদা অমুকস্মু হায়জরি—থীকনেম্বনা থা লাম্বগুম্বা ঐগী থবক অসিনা মীনোক নত্রনা অতৈ করিস্মু ফঙ্গদবা নত্তে খঙনা খঙনা হোৎনজরুরবদা ঐগী অরাল অহুই পুম্নমক, দেশ সেবাগী-দমক্কি হায়ব—রাখলনা ডাকপিয়ু। অলমতিবিস্তরেণ।

খ্বাইগী—
৺অরিবম ব্রজবিহারী শর্ম্মা
কাব্য ব্যাকরণস্মৃতিতীর্থ,
ব্রহ্মপুর নহাবম, ইম্ফাল, মণিপুর।

# সূচী পত্র

# অলঙ্কার-কৌমুদী

খুজিনাচিনচিংবশিং ( অলঙ্কার ) না মীগী মশকপু ফজহনবগুম উপমানচিংবা অর্থলঙ্কার অমসুং অনুপ্রাসনচিংবা শব্দালঙ্কারনা কাব্যবু ফজহল্লি। অতুনা অলঙ্কার্য্য ওইবা কাব্যগী পরিভাষা খঙফম থোকই। তোঙভান তোঙভানবা আচার্য্যশিংনা কাব্যগী পরিভাষাবু তোঙভান তোঙভান্না পীরম্মি।

(১) বামন—না "কাব্য শব্দোহয়ং গুণালঙ্কারসংস্কৃতয়োঃ শব্দার্থয়োর্বর্ত্ততে" হায়বদি গুণ অমসুং অলঙ্কারনা সংস্কৃত ওইরবা শব্দ অমসুং অর্থদা কাব্যশব্দবু শীজিন্নে হায়বম্মি।

(২) মম্মটনা কাব্যপ্রকাশদা "তদদোষৌ শব্দার্থৌ সগুণাবন—লঙ্কৃতী পুনঃক্কাপি" দোষদি লৈতবা, গুণনদি তিনবা মতম অযাম্বদা অলঙ্কার যাওবা অতুগ। করিগুম্বদ অলঙ্কার যাওদবা তাসিগুম্বা শব্দ অমসুং অর্থ অনী অদু কাব্যনি হায়রম্মি।

(৩) ভামহনা "শব্দার্থৌ সহিতৌ কাব্যম" হায়বদি সামঞ্জস্য পূর্ণ ওইবা শব্দ অমসুং অর্থ অনীবু কাব্য কৌই হায়রম্মি।

(৪) দণ্ডিনা "ইষ্টার্থ ব্যবচ্ছিন্না পদাবলী কাব্যম্" হায়বদি পাম্লিবা অর্থবু ফোংদোক্কদবা পদশিং অদু কাব্যনি হায়রম্মি।

(৫) রাজানক কুন্তকনা-"শব্দার্থে ৗ সহিতৌ বক্র-কবিব্যা-পারশালিনি। বন্ধে ব্যবস্থিতৌ কাব্যং·· ··" সহিত ওইবা (লোয়নবা) হায়বদি সামঞ্জস্যপূর্ণ ওইবা (চানবা) শব্দ অমসুং অর্থ অনীবু কাব্য কৌই হায়রম্মি।

(৬) পণ্ডিতরাজ জগন্নাথনা—"রমণীয়ার্থ প্রতিপাদকঃ শব্দঃ কাব্যম্" ফজবা অর্থবু খঙহল্লিবা শব্দবু কাব্য কৌই হায়রম্মি।

মথক্তা উংথ্রিবা কাব্যগী পরিভাষাশিং অসিনা কাব্যগী মশক হায়ববু শব্দ অমসুং অর্থনি হায়বসিদি মতাকই। তাকপা মতাক্তি · আচার্য্য খরনা শব্দ অমসুং অর্থ অনীবু বিশেষ্য ওইনা. খরনা অর্থবু বিশেষণ ওইনা থম্বগা লোয়ননা শব্দবু বিশেষ্য ওইনা থমহনা তাকপদনি।

বিশ্বনাথ কবিরাজনা "সাহিত্যদর্পণ", কৌবা লাইরিক্তা "বাক্যং রসাত্মকং কাব্যম্" হায়না কাব্যগী পরিভাষা পী। মাগী পরিভাষা অসিদদি শব্দ অমসু অর্থবু ইপন পন্দবগুম্না অপোৌবা মীৎয়েংদা উই। অদুবু অকুপ্পা মীৎয়েংদা য়েংলবদি শব্দ অমসুং অর্থবু মহাক্না করিস্থু থাদোক্রমদ হায়বসি উগনি।

য়েংসি :— মাগী কাব্যগী পরিভাষাগী মনুংদা য়াওরিবা "বাক্যং" হায়বা ৱাহৈগীস্থু পরিভাষা মশানা অতুম্মপীজরি— "বাক্যং" স্যাদ্ যোগ্যতাকাঙ্ক্ষা-সত্তি-যুক্তঃ পদোচ্চয়ঃ"। মসিদা য়াওরিবা "আকাঙ্ক্ষা" অমসুং "যোগ্যতা" অনী অসিনা তিনবা পদ হায়বনিনা মখোয় অদু অর্থ লৈবা পদ ভাক ওইগনি হায়বসি মশানা তাৱবনি। অর্থ লৈতবা পদ তারবা মতুংদা কনা অমত্তগী

আকাঙ্ক্ষা পোক্লোই অমসুং কনা অমত্তনম্ব যোগ্যতা লৈ অমসুং লৈতে হায়বা খঙলোই ।

ঐখোয়গী কাব্য শাস্ত্র লেংবা পণ্ডিতশিংনা কাব্যবু মখল অনি থোক্লা খায়দোক্লম্মী । দৃশ্য অমসুং শ্রব্য । দৃশ্য কাব্য নাটক, শ্রব্য কাব্য রামায়ণ, মেঘদূত অসিনচিংবা ।

## কাব্য

রস লৈবা রাহৈ পরেং হায়বদি রাহৈ পরেং অদুদগী রস পোক্লকপ রাহৈ পরেং অদুবু কাব্য কৌই । "ব্যাকং রসাত্মকং কাব্যম" সাহিত্যদর্পণম ।

## বাক্য

যোগ্যতা, আকাঙ্ক্ষা, আসত্তি মখোয অসিন তিনবা পদশিংবু বাক্য (রাহৈ পরেং ) কৌই "বাক্যং স্যাদ্ যোগ্যতাকাঙ্ক্ষাসত্তিযুক্তঃ পদোচ্চয়ঃ" সাহিত্যদর্পণম ।

## যোগ্যতা

পদশিংগী মহৈ মহৈ মরী লৈনবদা অপনব লৈতববু যোগ্যতা কৌই ।

## আকাঙ্ক্ষা

পদ অমগী অর্থ খঙলবা মতুংদা মাগা অতোপ্পা পদার্থ অমগা মরী লৈনহন্নিংববু আকাঙ্ক্ষা কৌই ।

## আসত্তি

পদার্থ অমা খঙ্‌বগা থংন থংননা অতোপ্পা পদার্থ অমশু খঙ্‌বা হায়বদি পদার্থশিং অদু খঙ্‌বদা মতম কান্নদববু আসত্তি কৌই ।

অতু ওইববদি ৱাহৈ পরেং অমদা পান্দুনা মথক্তা পীগ্রিবা বাক্য ( ৱাহৈ পরেং ) গী লক্ষণ অসি চুমই চুমদে হায়ব; য়েংলসি।

"রামনা মখোঙনা চংলি" ৱাহৈ পরেং অসিদা রামন মখোঙনা চৎপদা করিস্ম অপনবা লৈতে। চৎপা হায়বা থবকপু রামনা তৌবা য়াই, অমস্মুং খোঙ্না পাঙথোকপস্ম য়াই। মৱম অসিনা ৱাহৈ পরেং অসিদা যোগ্যতা লৈ।

অসিগী মথঙদা অমুক আকাঙ্ক্ষা লৈবরা হায়না যেংসি। রামনা মখোঙনা চংলি হায়ব ৱাহৈ পরেং অসি হায়দনা ঈহান হানবদা "চংলি" হায়বসিদং হায়ববদি কনানা চংলি অমস্মুং করিনা চংলি হংনিংলকই, মসিবু আকাঙ্ক্ষা কৌই। মতুগী মতুং ইন্না "রামনা" অমস্মুং "খোঙনা" হায়বা ৱাহৈ অনী অসি হাপচিল্লবপনি।

অসিগী মথঙদা অমুকস্ম কদায়দ চংলি, করিগীদমক চংলি হায়না হংলকপস্ম য়াই। মতু ওইববদি "স্কুলদা" অমস্মুং "লাইব্রিক তম্নবা" চংলি হায়না খুমগনি। অতুনদি "রামনা খোঙনা লাইব্রিক তম্নবা স্কুলদা চংলে" হায়বা ৱাহৈ পরেং ( বাক্য ) অমস্ম ওইব য়াই। অতুনা ৱাহৈ পরেং অসিদা আকাঙ্ক্ষা লৈ।

অসিগী মথঙদা মথক্কী ৱাহৈ পরেং অসিদা আসত্তি লৈবরা নত্রগা লৈত্তবরা যেংসি। "রামনা খোঙনা চংলি" হায়বা ৱাহৈ পরেংবু শাগৎনবগী মচাক ওইবা ৱাহৈশিং অসি অমা হায়রবগী মতুংদা অমা থংন থংননা মতম কান্নদনা হায়রিবনিনা আসত্তি লৈ।

যোগ্যতা, আকাঙ্ক্ষা, আসত্তি অহুম অসি লৈত্রবদি ৱাহৈ ( পদ ) কয়ামুক তিল্লবস্তু মতুংবু ৱাহৈ পরেং (বাক্য) কৌবা যারোই হায়বদু খুদমনা মরম ওইতুনা খঙনরসি।

যোগ্যতা লৈতবগী "রামনা মনানা চৎলি" মসি ৱাহৈ পরেং অমা নত্তে। মবমদি রামনা চৎপা হায়বা থবকপু মনাগী মতেঙনা পাঙথোকপদা অপনবা লৈ।

আকাঙ্ক্ষা লৈতবগী —"বং, শগোল, নিপা শামু" মসি ৱাহৈ পরেং নত্তে। মবমদি "রামনা খোঙনা চৎলি" হায়বা ৱাহৈ পরেং অসিদা কনানা চৎলি অমসুং কনানা চৎলি হায়না হংনিংবগুম্বা করিসু হংনিংহাই লৈতে।

আসত্তি লৈতবগী— 'রামনা" হায়রগা পুং অমগী মতুংদা 'খোঙনা' অদুগী মতুং পুং অমদা 'চৎলি' হায়রবদি মতু ৱাহৈ পরেং অমা নত্তে।

## অলঙ্কার

মীগী মশাদা মতীকচাবা লৈতেং খুজি-নাচিনচিংব হাপ্লগা ফজবকপা অদুগুম্না বাক্যদা লৈতেং হাপ্লবস্তু কাব্য অদুগী মশক ফজরকই। অদুনা কাব্যগী মশক ফজহন্নবগী মচাক ওইবা অদুবু অলঙ্কার কৌই। মতীকচানা লৈতেংলবা হকচাংবু উবগা মীওইবগী পুক্নিংদা নুঙঙাইবা অমা পোক্লকপা অদুগুম্বা অলঙ্কার হাপ্লবা ৱাহৈ তারগমসু নুঙঙাইবা অমা পোক্লকই। অদুনা কবিশিংনা কাব্য ইবা মতমদা মতম মতমগী চানগদবা অলঙ্কার হাপ্লুনা ইনরি।

ইহান হানবদা অলঙ্কার হায়বসি শব্দালঙ্কার অমসুং অর্থালঙ্কার

হায়না মখল অনী থোক্লা খাইদোকই। শব্দলঙ্কারদদি শব্দ (রাহৈ) তনা রাহৈ পরেং অতূগী ফজহন্নবগী মচাক ওইবনিনা অর্থ মান্নে হায়দ্রুনস্ম অভোপ্পা শব্দ অমা হোংবা য়াদে। অর্থলঙ্কারদদি অর্থবু মান্নরবদি শব্দ অতু হোংদোক হোংজিন তৌবা যাই।

শব্দালঙ্কারশিংগী মমুংদা অনুপ্রাস, যমক, শব্দশ্লেষ, বক্রোক্তি অমসুং পুনরুক্তবদাভাস মখোয় অসিনা মরু ওইবনি।

## ১। অনুপ্রাস

উচ্চারণস্থান (খোনথোকফম) তিন্নবা ব্যঞ্জন ময়েকশিং অতু তপ্নিবা স্বর মযেক অতু মান্নরবস্ম মান্নদ্রবস্মু অমুক্তগী হেন্না হায-দোক্লবদি মতূবু অনুপ্রাস কৌই।

অনুপ্রাসঃ শব্দসাম্যং বৈষম্যেঽপি স্বরস্য যৎ।

[সাহিত্য দর্পণম্]

(ক) ঙুং ঙুং ঙংবনা অঙাংগী ঙৌনবীনি।

[৺মকর সিংহ]

(খ) পাদে ফাদে মথন্তা চাদে চৈস্নু মতোমদা।

(গ) কদায়দা লোৎখ্রে কনানা লাকখ্রে।

হুরানবা ফাগ্রে ফুজুনা পুখ্রে।

অহানবা খুদমদা 'ঙ' মরীবক হন্না য়াওরি, 'ন' অহুন্নক য়াওরি। অনিশুবা খুদমদা পোকফম তিন্নবা ময়েক 'পাদে' দা 'প', 'ফাদে' দা 'ফ' অমসুং 'চাদে' দা 'চ', 'চৈস্নু' দা 'চ' অনিরক য়াওরি। অহুমশুবা খুদমদা 'ক' অনি; পোকফম তিন্নবা 'দ' গা

'ন' গা, 'ল' অনি, 'খ' অনি, পোকফম তিন্নবা 'ফ' গা 'প' গা, 'ফ' অনি অমস্মুং 'খ্র' অনি যাওরি।

## অনুপ্রাসগী মখল

অনুপ্রাসগী মখল মঙানি। মদুদি—বৃত্ত্যনুপ্রাস, শ্রুত্যনুপ্রাস, অন্ত্যানুপ্রাস, ছেকানুপ্রাস অমস্মুং লাটানুপ্রাস।

### (ক) বৃত্ত্যনুপ্রাস

১। অমদগী হেনবা ব্যঞ্জন ময়েকপু মথঙ মনাওদি নত্তনা মশক্কী মথৈদা মান্নন, অমুক্তং হায়দোক্লবদি বৃত্ত্যনুপ্রাস কৌই।

২। অমদগী হেনবা ব্যঞ্জন ময়েকপু মথঙ মনাওদি নত্তনা মশক্কী মথৈদা মান্ননা অমুক্তগী হেন্না হায়দোক্লবস্তু বৃত্ত্যনুপ্রাস কৌই।

৩। অমদগী হেনবা ব্যঞ্জন ময়েকপু মশক অমস্মুং মথঙ মনাও মান্ননা হন্না হন্না হায়দোক্লবস্তু বৃত্ত্যনুপ্রাস কৌই।

৪। ব্যঞ্জন ময়েক অমবু অমুক্তং হন্না মান্ননা হায়দোক্লবস্তু বৃত্ত্যনুপ্রাস কৌই।

৫। ব্যঞ্জন ময়েক অমবু হন্না হন্না হায়দোক্লবস্তু বৃত্ত্যনুপ্রাস কৌই।

(১) ধৃতরাষ্ট্র মহারাজগী দুর্য্যোধননচিংলবা
মচানিপা চামনি পাপকী মহৈ মক্তনা
কুরুক্ষেত্র লময়াইদা মথয়ায চৃপখি লোইনবা ॥

উদাহরণ অসিদ "মচা" "চাম" অসিদা 'ম' অমস্মুং 'চ' অসি মথং মনাওদি কায়ননা মশক্কী মথৈ মান্নন, অমুকস্তু হায়রে।

(২) নহে হৈন লৈজহৌ নহা নঙবু তাবরা ?

উদাহরণ অসিদা 'য' অমসুং 'হ' মযেক অনি অসি মথং মনাংদি কাযনা অমুক্তগী হেন্না য়াওরে।

(৩) শ্রীগৌরাঙ্গগী পাম্বোমসে থম্বৌ হেরা মানবনি।
করম্বা নোংদম্বনবু শেম্লম্বনোনে ঈভা।

উদাহরণ অসিদা 'ম' 'ব' হায়বা ব্যঞ্জন্ মযেক অনি অসি অমুক্তগী হেন্না য়াওরে।

(৪) মানা মযুম চন্দ্রগা লাইরিক লাতিঙ্ক পাথবে।

উদাহরণ অসিদা 'ম' হায়বা ব্যঞ্জন মযেক অসি অমুক্তগী হেন্না য়াওরে।

(৫) নমীং নথা তাকউ—শেংনা শেংন নহাক্র।

উদাহরণ অসিদা 'ন' হায়বা ব্যঞ্জন মযেক অসি হন্না হন্না য়াওরে।

## (খ) শ্রুত্যনুপ্রাস

মশক মরোং অমগা অমগা ভিন্নদ্রবা পোক্রফমশংদি ভিন্নবা মরম্না মান্নে হায়না লৌবা শতুগুম্ব ব্যঞ্জন মযেক অতু রাহৈ পারেং অতুদা য়াওরবদি শ্রুত্যনুপ্রাস কৌই।

ক খ—মাগী মাগী মচংকী মতুং ইন্না মচৎখি।
প ফ—মপি মাগী তারক্লে মফি মাগী চোংলক্লে।
ত থ—শেলগী মত যেংলগা মথা অমা য়াওরকউ।

## (গ) অন্ত্যানুপ্রাস

করিগুম্বা শৈরেং অমগী মন্নংদা পাদ (শৈরেংগী শরুক মরীগী শরুক অমা) গী মমৈথংদা নত্রগা পদ (রাহৈ) গী মমৈথংবদা

লৈবিবা ব্যঞ্জন মযেকশিং অতূ স্বর ময়েকচা লোযননা মাগ্লরবদি মতুবু অন্ত্যানুপ্রাস কৌই ।

(ক) ফত্তবা চিঙ্গাক চাগনু নত্তবা লাইরিক পাগনু ।
চাবদা চিলহাও থিগনু নোম্বদা করিস্নু কিগনু ॥

(খ) অহাও অথুম চারে মবেক মহাও কারে ।
মীনা নাবু কিনবে অহিং সুংথিল থিনরে ।

## (ঘ) ছেকানুপ্রাস

অমদগী হেনবা ব্যঞ্জন মযেকপু তপ্পবা অমস্তুং তপ্পদবগী মরোংতুগী মথং মনাও অতু কাযদনা অনিরক হন্না হায়দোক্লবদি ছেকানুপ্রাস কৌই ।

বৃত্ত্যানুপ্রাসদনা তপ্পদ্রবা ব্যঞ্জন মযেকশিং অতূ মথং মনাও নাইদ্রবস্নু মশক্কী মখৈদং মান্নন, অনিরক হন্না হাযদোকপা । ছেকানুপ্রাসদনা ব্যঞ্জন মযেকশিং অতু তপ্পববস্নু তপ্পদ্রবস্নু য়াই, তৌইশুম্বস্তুং মথং মনাওদদি কাযবা য়াদে ।

(ক) রবীন্দ্র কবীন্দ্রনি পৃথিবীগী ।

(খ) অঙ্গ বঙ্গ কলিঙ্গ তাইনবা লৈপাক ডাকনি ।

(গ) করি লৈপাক্তা কনাগী নম্পাক্তা চাওবনো নহাকপো ?

## (ঙ) লাটানুপ্রাস

শব্দ অমস্তুং অর্থ অনী অতু অনীরক হনবা, তৌইশুম্বস্তুং তাবতদা খেল্লবা মতম অতুদা লাটানুপ্রাস কৌই ।

(ক) মুক্তাবলীবু চিন্দা পকচরবদি
লাইরিক ময়াম পারুবগী কান্নবা করি লৈতে।
মুক্তাবলীবু চিন্দা পক্রবদি
লাইরিক ময়াম পারুবগী কান্নবা করি লৈতে।

পীথ্রিবা উদাহরণ অসিদা অহানবগী "লাইরিক ময়াম পারুবগী কান্নবা করি লৈতে" রাহে পরেং অসিগী ভাবার্থদি—লাইরিক ময়াম পারুবত্ন অহেনবা ওইত্না ওইত্না তোক্লগনি ; চিন্দা পক্লিবা মুক্তাবলী অত্নমক্লা যারগনি। অনিশুবগী "লাইরিক ময়াম পারুবগী কান্নবা করি লৈতে" রাহে পরেং অসিগী ভাবার্থদি—মত্না আনৌবা জ্ঞান করিস্নু ফংবা যাবাই, রাত্নতা মতোক্কনি।

(খ) চাকপু চাবিবদি লোইরে।
চাকপু চাবিদ্রবদি লোইরে।

অহানবগী 'লোইরে' ফরগনি। অনিশুবগী 'লোইরে' আশা লৈত্রে।

## ২। শব্দ শ্লেষ

কবিনা তোঙান তোঙানবা অর্থদা শীক্তিন্নবস্থা শব্দ অমগী অর্থবু পাঠক অত্নস্নু তোঙান তোঙান্নবা অর্থত্নমক্লা লৌরবা মতম অত্নদা শব্দশ্লেষ অলঙ্কার ওইগনি।

শ্লেষবক্রোক্তিগা মসিগা খেন্নবা— শ্লেষবক্রোক্তিদা রা ভাংলিবা মী অমস্নুং তারিবা মী অনি অত্নগী মত্নুংদা রা ভাংলিবা মী অত্না শব্দ অমব অর্থ অমদা পুত্না হায়রকপদা তারিবা মী অত্নস্নু

শব্দ অদুমক্কী তোঙানবা অর্থ অমা লৌদুনা খুন্নকই। শব্দশ্লেষদদি র়া ভাংলিবা মী অদুমক্তনা শব্দ অমবু তোঙান তোঙান্নবা অর্থদা শীজিন্নে।

শব্দশ্লেষ অমসুং অর্থ শ্লেষ অনিশী ৎেন্নবা—
শব্দ শ্লেষদা শব্দ অদু শিল্লবদি (হোংলবদি) শব্দশ্লেষ অলঙ্কারসি লৈররোই। অর্থ শ্লেষদদি শব্দ অদু শিল্লবা (হোংলবা) সু "অর্থ শ্লেষ" অলঙ্কাব অদুম লৈগনি।

**শব্দশ্লেষ মখল অনিনি-সভঙ্গ অমসুং অভঙ্গ।**

(ক) **সভঙ্গ**—কনাগুম্বা কবিনা ইরম্বা র়াহৈ অদুগী মশাদা য়াওবিবা ময়েকশিং অদু খাইদোক খাইজিন তৌরগা, খাইদোক্তি্রভৈদা ফংবা অর্থদগী অতোপ্পা অর্থ অমসু ফংলকপা মতম অদুদা "সভঙ্গ শ্লেষ" অলঙ্কাব ওইগনি।

[অ] অসিগুম্বা নিংথৌগী হাক্তকা কদাযদগী ঐখোয়না
কুশাসনবু ফংদনা তোক্কদগে অঙাংশা।

খাইদোক্তি্রভৈদা ফংবা অর্থ কুশাসন=ফত্তবা শাসন।
খাইদোক্লগা " " =কুশ+আসন=
কুশনা শাবা আসন

[আ] ঙা পোরোমপাক্তা লৈ।
খাইদোক্তি্রভৈদা ফংবা অর্থ পোরোমপাৎ কৌবা পাক্তা ঙা লৈ।
খাইদোক্লগা , ==ঙা পোরোম পাক্তা লৈ।

[ই] অঙাং নিপান্ থোকখ্রে।
খাইদোকক্তি্রভৈদা ফংবা অর্থ— অঙাং মশীং নিপান থোকখ্রে।

খাইদোক্লগা ফংবা অর্থ—অঙাংনি, পাম্বোকশ্রে ( খুৎত খুৎলাই অমনা শোকশ্রে ) অসিনচিংবা।

(খ) অভঙ্গ শ্লেষ

ৱাহৈ অমুবু খাইদোকপা তৌদনা হায়বদি ৱাহৈ অমুগী মথেক অমু মখাদা মথক্তা পুখৎপা। অমশুং পুখবা তৌদনা হান্নগী মরোঙ অমু কায়দনা থম্লগা অমদগী হেনবা অর্থ থোকপা ৱাহৈ অমু কবিনা শীজিন্নরবা মতম অমুদা "অভঙ্গ শ্লেষ" অলঙ্কার ওইগনি।

(অ হায়জখি নুপী মচা অমুনা পুজা লোইরবা মতুঙদা। পীনর য়ু ব্রাহ্মণ' ঐঙোন্দ। পুক্লিঙ থুংবা বর অগা। শ, চ,

মফম অসিদা 'বর' ৱাহৈ অসি মথেক খাইদোক খাইজিন তৌদনা অর্থ অনী গুই। বর- আশীর্ব্বাদ, মপুরোইবা।

(আ) নওন্ন ঐম্নু চা থক্লে।

মফম অসিদা চা—থক্লব চিঙ্গাক মখল অম, চাবা অসিনচিংবা।

## ৩। পুনরুক্তবদাভাস

করিগুম্বা ৱাহৈ পরেং অমদা মশক তিন্নদব। ৱাহৈ অনিবু অর্থ অমত্তদা শীজিন্নবগুম উবা তৌইগুম্বসুং খজিক্কং মুন্না খন্থরবদি, হন্না হন্না শীজিন্নবগুম উরিবা ৱাহৈ অনিমুগী অর্থ অমত্তা নত্তে তোঙান তোঙান্নবনি হায়না খঙ্লকপা অসিগুম্বা ৱাহৈবু কবিনা মাগী শৈরেংদা শীজিন্নরবদি—"পুনরুক্তবদাভাস" অলঙ্কার কৌই।

(ক) তপ্না তপ্না মচারী খর খরস্থ মহারি ।

মফম অসিদা চারি অমস্তুং হারি অনি অসি অর্থ মাম্নবগুম উবা ৱাহৈনি। অতুবু খরা মুম্না খঙ্ঘরক্লবা মতুংদদি অনি অসিগী অর্থ মাম্নরমদ্রে হায়বা খঙলক্লে। মতুদি 'চাবা' থবকপু তপ্না তপ্না তৌরি, অতুমদি ওইরবস্থ খর খর হাবদি তোক্তি ( স্বর চনিং চমাং শম্নদত্তন ওইরকপা অকায়বা মরোও )।

খ) হে অঙাংখোয় ! খঙজহৌ কুমশিনি চংলিবা কুমজাসি।

দম অসিদ, কুমশি' অমস্তুং চংলিবা কুমজা' ৱাহৈ অনি অনিবু অর্থ অমত্তদা শীজিন্নবগুম উরি তোইগুম্নস্তুং খঙ্ঘক্লবা মতুংদা তোঙান্নবা অর্থদা শীজিন্নরম্মি।

কুমশি কুম + অশিবা ( ফত্তবা কুম )।

চংলিবা কুমজা = চংলিবা চহি।

## ৪। যমক

অমদগী হেনবা ব্যঞ্জন ময়েকপু স্বর ময়েক্কা লোযনন; অহানবদা লৈখিবা ময়েকী মথং মনাও অতু কাযদনা অর্থ লৈবা অমস্তুং লৈতবগী মরোংদা অমুকস্থ হন্না শীজিন্নরবদি যমক অলঙ্কার কৌই।

(১) অর্থ লৈবা অমস্তুং অর্থ লৈতবা হাযবগী ভাবতি অসিনি— মথক মথা লৈরিবা যমকগী কাংলুপ অনি অতুমক অর্থ লৈবা ডাক্তা ওইবা য়াই, অতুগা অমনা অর্থ লৈরগা অমনা অর্থ লৈতবা ওইবস্থ য়াই।

ক) লাক্কনি মেবা মেরাদা।

খ) থাগনি যাউশং য়াউশংদা ।

(ক) উদাহরণ অসিদা ১বা মেরা=মেরা কৌবা নিপা অমা।
২বা মেরা=মেরা কৌবা থা ।
(খ) ,, ১বা য়াউশং=খ্বাইনা খভনবা শং
মখল অমা।
২বা য়াউশং=য়াউশং কৌবা মেলাগী
মতম অমা।

অতুনদি—মথক থংবা অমসুং মখা থংবা রাহৈ অনিমক অর্থ লৈবা ওাক্তনি।

(২) মথং মনাও কায়দনা হায়রুবগী ভাবতি অসিনি—অহানবদা 'রাধা' হাযরগা অকোনবদা 'ধারা' হায়রকপা মতম অতুদা অহানবদা হায়খিবা ময়েক্কী মশক অতু অকোনবগী 'ধারা' দা চপ চানা য়াওরে হায়তুনসু যমক ওইগদবা নত্তে। মরমদি মথক্কী 'রাধা' দা লৈরিবা ময়েক্কী মথং মনাও অতু মমৈগী 'ধারা' দদি লৈতে।

(৩) স্বর ময়েকা লোয়ননা হাযরুবগী ভাবতি অসিনি—অহানবদা 'লোংশা' অকোনবদা 'লুংশা' হাযরকপা মতম অতুদা যমক ওইগদবা নত্তে। মরমদি অহানবগী রাহৈদা যাওবা স্বর বর্ণদি 'ও' নি; অকোনবগীদা য়াউবনা 'উ' নি।

(ক) অর্থ লৈবা—অর্থ লৈবা ওইরবদি রাহৈশিং অতু অর্থ তোঙান্নবা ওইগনি।

পানগনি হৈনৌ হৈনৌদা

১বা হৈনৌ=হৈনৌ মহৈ। ২বা হৈনৌ=হৈনৌ পাম্বী

(খ) অর্থ লৈতবা—মাগী মফি অতু পুমশিল শিল্লে।

ব্রাহৈ পরেং অসিদা 'পুম' থাদোক্লগ "শিল শিল্লে" হায়বা শব্দক অসিদা লৈবা যমকনি। ''পুম'' গা পুল্লগা ''শিল'' গী অর্থ লৈবনি। "পুম" থাদোক্লবদি অর্থ লৈতে।

## ৫। বক্রোক্তি

করিগুম্বা ব্রাহৈ অমগী বক্তা ( ৱা ডাংলিবা ) না পাম্বা অর্থ অদুদি লৌরক্লনা শ্রোতা ( তারিবা ) না অতোপ্পা অর্থ অমা লৌরবদি বক্রোক্তি অলঙ্কার ওইগনি।

(১) বক্তা---হি অসিবু শংলিবরা, হাংডলিবরা ) ?

শ্রোতা—হি অসিদি কংলে ( চোল্লে )।

(২) বক্তা—মহাক কৈবু কিবরা ( থুকপরা ) ?

শ্রোতা - মহাক্না কৈবু ফাবা ওমদবনিনা কিদে ( পুন্দে )।

বক্রোক্তি মথল অনিনি। শ্লেষ বক্রোক্তি অমসুং কাকু-বক্রোক্তি।

### (ক) শ্লেষ বক্রোক্তি

শব্দ অমত্তগী অর্থ অমদগী হেল্লা লৈববু শ্লেষ কৌই। অসিগুম্বা অর্থনা থোকপা বক্রোক্তি অদু শ্লেষ বক্রোক্তিনি।

মথক্ত পীরিব: (১) খুদম অসিগী উদাহরণ অসি শ্লেষ বক্রোক্তিগীনি।

(১) বক্তা—অমুক থীনা পুম্বদি করিগীনে মসিনা ?

শ্রোতা ঈতেক তেক্লিবা অসিবু পুম্মি হাযবিবা করিগী ? বক্তানা—'পুম্বদি'গী অর্থ 'যায়া ভূমলিবদি' হায়বা অর্থদা শীজিল্লে।

শ্রোতানা—'পুম্বদি'গী অর্থ 'পখবা' হায়বা অর্থ ওইনা লৌরি—

## (খ) কাকু বক্রোক্তি

অলঙ্কার অসি বকাগী ( ব্রা লোংলিব' মীগী খোম্থোক্কী মথক্তা লৈ। কাকু ( স্বর ভঙ্গ। ) মনিদা খোম্থোক্কী তোঙানবা মরোংদগী নক্তবব্ অওইবদা, অদুইনবু নক্তবদা লৌনৈ।

(ক) থৌবান্দোংগী চফুবু কায়মনবা ফুন্না ? ( ফুদে )।

(খ) চবাংনা যোমলবস্মু মফাইদ থম্বাল কৌবী লৈরাংদে।
নক্ল-নক্লা মনীংথি থাজদা পকপা মায়হিন্দো।
উকুন ফাজোন ওইরবী তোঙ্গানবী অসিম্ব
খোইন হেন্না ফজনে। নীংথিজনা শকফমদা
লৈতেং ওইদবা করি লৈ ? ( করিম্ব লৈতে )

অভিজ্ঞান শকুন্তলম

(গ) হৌদোঙনা যঙ্গাম উরগা লমদম্দবা হৌনব্রা ?
( হৌনদে )

(ঘ) হৈনৌ মপান্না পুক্নীংবু হুরবা অদুগী মথক্তা
কোকিলগী খোযদাবা খোঙ্গেনবু পুরবা বসন্ত মতমদ,
নুজা মানা মখংলেনবু মবানগীদমক ইম্থোকপদি
মপুক্নীংদো মহাক্কী ব্রাদবব্রা ? ( রায় )

## অর্থালঙ্কার

অলঙ্কার শেম্বা কবিনা রাহৈ অমগী মতত্ত মগা অর্থ মাল্লবা রাহৈ অমা শিল্লবদস্মু ওইহন্নিংবা অর্থ অদু কায়দনা লৈবা ( হায়বদি

অহানবগী রাহৈগ। অকোনবগীগা অর্থ চপ মান্নবা ) অতুনা মরম ওইদুনা অলঙ্কারস্তু কা দনা লৈবা অদুগুম্বা অলঙ্কার অদুবু অর্থা-লঙ্কার কৌই।

মখাগী উদাহরণ অসিদা অর্থালঙ্কারগী মশক চাওরাক্ল, য়েংসি। মহাকবি কালিদাসনা "মহাকাব্য কুমারসম্ভব" কী মঙাশুবা সর্গদা ইখিবনি। পার্ব্বতীনা মহাদেববু মপুরোইব ওইনা ফংজরগে নীংলদুনা মতম কুইনা অকনবা তপস্যা তৌখি। মতুমক্তনা মহা-দেবনা পেনবিরদুনা পার্ব্বতীগী নাক্তা লেপ্লরগা মাগী খুদাং পায়খ্রবা মতম অদুদা ওইখ্রিবা পার্ব্বতীগী অবস্থা অদু বর্ণনা তৌবা শ্লোকনি।

মাবু উবদা নীল্লবী হুমা ন মশা শীনখ্রবী
মফম অমদা চৎলগে হায়দুনা খোঙবু ফুক্লিবী
হিমালয়গী মমোমদো ঈরুম থৎপা চীংমায়দা
ঈরায়রুবা মবম্না ঈহন্নরবা তুরেনগুম
চৎঙমখিদে চৎপস্তু লৈডমখিদে লৈবস্তু।

কুমার সম্ভব মহাকাব্যগী মণিপুরী অন্নবাদ।

শ্লোক অসিদা অর্থালঙ্কার ( পুর্ণোপমা ) চপচানা লৈরি। করিগুম্বা হিমালয়গী "মমোমদো"গী মহুত্তা "পার্ব্বতী কোবিদো" না শিল্লবস্তু, অসিগুম্বা তুরেনগী মহুত্তা অর্থ মান্নবা শব্দ অমনা শিল্লবস্তু উপমালঙ্কার ওইবদা করিস্তু অকায়বা লৈতে। মরমদি উপমালঙ্কার হায়বসি অর্থালঙ্কারগী মন্নুং চনবনি। অর্থ মান্নবা শব্দশিংগী মন্নুংদা অমা হেক্তা হাপ্লগা ওইবা যাই।

**শব্দালঙ্কার অমসুং অর্থালঙ্কার অনিগী খেন্নবা**-শব্দ হোংবা য়াবা অমসুং য়াদবগী মথক্তা লৈ। শব্দালঙ্কারদি শব্দ হোংদোকপা য়াদে হায়রবদি শব্দ অমা লৈরিঙৈদা লৈবা অলঙ্কারছু শব্দ অমনা মহুৎ শিল্লগা লৈতে। অর্থালঙ্কারদি অর্থ মক্তা যেংবা অলঙ্কারনিনা শব্দ অমগী মহুত্তা অর্থ মান্নবা শব্দ অমনা শিল্লবস্নু য়াই।

শব্দালঙ্কার মশীং য়ামলবস্নু কাঙলুপকী মরোঙদা খল্লবদি কাঙলুপ মঙা থোক্লা খন্দোকপা য়াই।

[ক] সাদৃশ্য (মান্নবা মরোঙ), [খ] বিরোধ (ওন্নতৈন্নবা [গ] শৃঙ্খলা (মাগী মতুংদা মা ওইবা হৌনৈ হায়বা নিয়ম), [ঘ] ন্যায় (যুক্তি নত্রগ অচুম্বা বিচার), [ঙ] গূঢার্থপ্রতীতি (মঙ্গুং হুপ্পিনব অর্থ খঙবা), মখোয় অসি যেংতুনা ওইবা ভাগনি অর্থালঙ্কার পুন্নমক।

## উপমা

রাহৈ পরেং অমত্তদা স্বভাব অমসুং ধর্ম্ম ভিন্নদবা পোৎশক অনিগী মান্নদবা মরোঙ অদু করিগুম্বা অমত্তা পনবা তৌদনা, করিগুম্বা অখন্নবা গুণনা ওইরবস্নু অবস্থা (ফীবম) না ওইরবস্নু ক্রিয়ানবু ওইববস্নু পোৎশক অনী অদুগী মান্নবা মতৌবু রাহৈ অমন তাক্লবদি উপমা অলঙ্কার ওইগনি।

### "ঈগুম ভাঙলবা মীৎ"

'ঈ' অমসুং 'মীৎ' অনি অসি তোঙান্নবা পোৎশক্নি।
'ভাঙলবা' রাহৈ অসিনা 'ঈ' (উপমান) মীৎ (উপমেয়) অনিমক্কী সাদৃশ্য (মান্নবা মরোঙ) নি। 'গুম' অসিনা সাদৃশ্য বাচক (উপমান)

উপমেয় অনিমক্কী মান্নবা মরোঙ তাকপা রাহে ) নি। পুন্নমক অসি রাহে পরেং অমত্তুদা লৈরি, মান্নদবা উপমান অমস্তুং উপমেয়গী মফমদা লৈবা তিন্নদবা মরোঙ অতু পনবস্ম তৌদে। মরম অসিনা মফম অসিদা লৈরিবা অলঙ্কার উপমানি।

মফম অসিদা লৈরিবা মান্নবগী মরোঙনা গুনগীনি, মরমদি 'অভাঙবা' গুণ অমনি।

## উপমাগা রূপকনচিংবা অলঙ্কারগা খেন্নবা

রূপকনচিংবা অলঙ্কারদা অনিমক্কী মান্নবা মরোঙ অতু করিগুম্বা রাহে অমনা তাকপা নত্তে। ব্যঞ্জনা বৃত্তি (শব্দগা অর্থগা লৈনবা করিগুম্বা সম্বন্ধ ) না খঙনবনি। ব্যতিরেক অলঙ্কারদা অনিগী মান্নদবা মরোঙ অতু তাক্লি। উপমেয়োপমাদনা অনিমক্কী মান্নবা মরোঙ অতু রাহে পরেং অনিনা তাকই। অনন্বয় অলঙ্কারদনা পোৎশক অমখক্তবু অমখক অতুগা মান্নে হায়বনি।

উপমাগী মবমদা খবদং নৈনখিবসিনা মাগী চাউরাকপা মরোঙ অমদি লাক্রে। মখাদা মাগী অকুপ্পা মরোঙ তাক্লি।

### ১। (ক) পুর্ণোপমা

উপমেয়, উপমান অনিমকতা লৈবা পোৎশক অমস্তুং মান্নবা খঙনব রাহে, পোৎচঙ মবি অসি তরং তরংনা লৈবা উপমা অতুবু পুর্ণোপমা কৌই।

**উপমেয়**—তাইবং পানবনা থীবা অমদি ফজবনচিংবা মরম খুদিংমক্তা খঙনরিবা পোৎশকশিং অতুগা চাংদম্নরগা মখোয়গী ফজবা অমদি অথীবনচিংবা পুন্নমক অতুগী হাপচিনফম মহাক্না ওইবা অতু

উপমেয়নি। মতুদি "থাগুম্না ঈভবা মাযথোঙ" পুয়মক্লা ঈভিঙ হায়না খঙনরিবা থাগা চাংদম্নরগা মাগী ঈভবা অতুগুম্বা মঈঙতু মাযথোঙ অতুদা লৈ হায়না হাপচিল্লি। মরম অসিনা মথক্কী রাহৈ পরেং অসিদা "মায়থোঙ" না উপমেযনি।

**উপমান**—করিগুম্বা পোৎশক অমগী ফজবা নত্রগা থীবনচিং-ববু কনাগী মতৌগুম্না থীবনো অমম্মুং ফজবনো হাযনা খঙনিংলকপা অমম্মুং খঙহন্নিংলকপা মতমদা মহাক্কা চাংদম্নরিবা পোৎশক অতুনি। মতুদি—"থাগুম্না ঈভবা মাযথোঙ" রাহৈ পবেং অসিদ 'থা' উপমাননি।

**অনিমক্কা লৈবা পোৎশক**—মথক্কী খুদম অসিদা "ঈভবা" অসিনি। রাহৈ অসি থাদা অমম্মুং মাযথোঙদা (অনিমক্কা) লৈবা পোৎনি।

**মান্নবা খঙহনবা রাহৈ**—গুম্বা, মানবা অসিনচিংবা।

(১) কাজলগুম্না মুবনা শয়াঙনা থারি চোম্বনা।
থম্বালগা পাংখক্ক থোৎচবা খোঙ অনিগী মথক্ক ॥

উপমেয—শয়াঙ. খোঙ, উপমান—কাজল থম্বাল। অনি-মক্কা লৈবা পোৎশক—অমুবা. অথোৎপা। মান্নবা খঙহনবা রাহৈ—গুম্না, পাংখক্কা। মরম অসিনা শৈরেং অসিদা পূর্ণোপমালঙ্কার লৈ।

(২) শরৎকী থাজ মান্নবা মাযথোঙনি নহাক্কী।
পুক্নীং ঈরাঙ হৌহল্লি নীংথিবী। ঐগী ॥

উপমান—শরৎকী থাজ। উপমেয়—মায়থোঙ অনিমক্কা

লৈবা পোৎশক—ঈরাঙ হৌহনবা। মান্নবা খঙহনবা পোৎশক — মাল্লবা।

## (খ) লুপ্তোপমা

পূর্ণোপমা অলঙ্কারদা পোৎশক মরিথক চঙনি হায়রে। মরি অদুগী মনুঙদা উপমেয় নত্তনা লেপ্পাবা অহুমগী মনুংদা অমা নত্রগা, অনি নত্রগা অহুম্মক শুনা যাওদ্রবা উপমা অদুবু লুপ্তোপমা কৌই।

(অ) মান্নবা খঙহনবা ৱাহৈ মাঙবা—

মগাকী থাজ মাযথোঙবু উবদি পুক্নিং ঈ বনি।

(আ) অনিমক্তা লৈবা পোৎশক মাঙবা—

নোংথাঙ্গ ঙ্গা পুন্সিন কোঙ্গোনগুম্বা লন্নি

উপমেয়—পুন্সি লন। উপমান—নোংথাং, কোঙ্গোন, মান্নবা শাপথা ৱাহৈ—গুম্বা। অনিদা লৈবা পোৎশক মাঙবা।

(ই) অনিদা লৈবা পোৎশক অমসুং মান্নব তাকপা ৱাহৈ মাঙবা।

ঈবেম্মগী থাজ মাযথোঙদা উবগা ঈবুঙোগী থম্মায়দো।
নাংথিবা প্রেমনা শীনখরে পুমথোং ঙহৈনা থোংখরে।।

উপমেয়— মাযথোঙ উপমান—থাজ লৈবি। তৌইগুম্বসুং 'মানব' নচিংবা মান্নবা খঙহনবা ৱাহৈ অমসুং নী থিবনচিংবা সাধারণ ধর্ম্ম মাঙলে।

**খন্নগদবা** :—'থাজ মাযথোঙ' ৱাহৈ অসি রূপক কর্ম্মধারয় সমাসনা থোকখিবা নত্তে। মবমদি রূপক কর্ম্মধারয় সমাসদদি

"উপমাননা" মতম পুন্নমক্তা মমৈ থংগনি; মহূদি—অৱামৈশা, ৱাহৈ তেন,ম্নুংঙাই ঈপাক অসিনচিংবা। মফম অসিদদি উপমান 'থাজ' না মথক থংলি। মরম অসিনা মফম অসিদা লৈৱিবা সমাস উপমিত কর্ম্মধারয়নি—থাজ মানবা মায়থোঙ থাজ মায়থোঙ। রূপক কর্ম্মধারয় ওইননবগী মরম করিস্নু লৈতে।

(ঈ) সাধারণ ধর্ম্ম অমস্যুং উপমান মাঙবা—

লৈথক লৈখা অনিদা ঐগী মীৎনা য়েংবদা।
উদ্রে মাগী মমায়গা মান্নবা পোৎশক অমত্ত॥

উপমেয়—মমায় মান্নবা খঙহনবা ৱাহৈ—মান্নবা, য়াওরি। মমায়গা মান্নবা পোৎশক অমত্তা উদ্রে হায়ববনিনা উপমান মশানা মাঙজরে, অসিনা মরম ওইহুনা উপমেযগী মগুণ অহু উপমেয় মশাদদা লৈরে। উপমান অমস্যুং উপমেয় অনিদা পুন্না লৈব. সাধারণ ধর্ম্ম থোক্রে।

**নৈনগদবা ঃ**—মফম অসিদা অনন্বয ব্যতিরেক অমস্যুং প্রতীপ অলঙ্কার লৈ হায়বা যাদে। মবমদি হাযরিবা অলঙ্কার অহুম অসিদা উপমান অমস্যুং উপমেয় অনিমক পনগদবনি। অনন্বব অলঙ্কারদা উপমেয়বু উপমান ওইনা তাকপনি। উপমেয়দগী অতোপ্পা অমবু উপমান ওইনা তাক্রবস্নু উপমানদি যাওই, মফম অসিদদি উপমান য়াওদ্রে। ব্যতিরেক অলঙ্কারদনা উপমান ওইগদবা ৱাহৈ অমা পল্লগা মতোন্দগী উপমেযনা অহেনবা ওইনা তাকপনি। প্রতীপ অলঙ্কারদনা উপমানবু উপমেয় ওইনা তাকপনি নত্রগা উপমেয়গী অথোইবা মগুণ অমনা উপমানগী কান্নদবা উৎপনি। অসিনচিংবা।

## (গ) মালোপমা

কবিনা মাগী শৈরেং অদুদা উপমেয অমত্তগী, উপমানবু অমদগী হেন্না উৎলমলবদি মালোপমা কৌই ।

(১) অফবা নীতিদগী লাকপা সম্পৎতি
থম্বাল শাৎলবা পুখ্রীগুম,
থা থোক্লবা অহীংগুম,
মথোক কারকপী নুপীগুম,
লেমজনিঙায এইবনি ।

(২) তাং হংসমালাঃ শরদীব গঙ্গাং
মহৌষধিং নক্তমিবাত্মভাসঃ ।
স্থিরোপদেশামুপদেশ কালে
প্রপেদিরে প্রাক্তনজন্মবিদ্যাঃ ॥

কুমার সম্ভব মহাকাব্য ।

অনুবাদ ঃ—শরৎ ঋতু যৌবগা কাঙচনা গঙ্গাদ, তাবগুম, শিদথাই নাদথাই খিবিক্তা মঙান্না চোংশিনবগুম অহিংদা, লৌশিং চাওবা মঙোন্দ, হৌখিবা মপোক্কী লোয়নরকপা মহৈ পুন্নমক অদুনা তাকপী তীকপিবা মতমদা মথঙ মথঙ চোংশিনখি ।

## ২ রূপক

উপমেয়বু ককথৎপা রাহৈ ( নত্তে নচিংবা ) দি যাওদনা মহাকপু ( উপমেয ) উপমাননি হায়না লৌববু রূপক কৌই ।

উপমান অমসুং উপমেয় অনি অসি তোঙান্নবা পোংশক ওইববসু, অনীগী মান্নবা মরোঙ অদু খজিক খরাক মান্নবা নত্তে- যান্না হেন্না মান্নবনি হায়বদু উংনিংতুনা কবিনা কনাগুম্বগী ফজবা মায়থোঙবু উবগা মাগী মায়থোঙবু থাগুম্বি হায়বা তৌদনা, মায়থোঙ অদু থামক্রি হায়জিল্লকই।

রূপক অলঙ্কারদা উপমেয় অদু উপমানগী মশক ওইখি (কবিকল্পনাদা)

উপমা অলঙ্কারদা উপমান অমসুং উপমেয় অনিমক তোঙান তোঙান্নবা মশক ওইনা লৈবগা উপমেয়না মপুং ওইগনি।

ঙাক্পীসন্নু নখোয়বু লাংবি চিনদা হৈববা
তাইবংপানব মগুপকা যুম্বগী মশক ওইবিবা
নোংগী মতৌগুম মুববা পাম্বাম নবিনা হবিগী॥

(সাহিত্য দর্পণগী অনুবাদ)

উপমান অমসুং উপমেয় অনিগী মান্নবা মরোঙ চাক্রুনা ওইবা অলঙ্কার মখল কয়ামরম--

(ক) থাগা মান্নবা। থাগুম্বা মায়থোঙ (উপমা)

(খ) মায়থোঙমক্কী মশক ওইনা থা—মায়থোঙথা। (রূপক)

(গ) মায়থোঙ, নত্তে থানি। (অপহ্নুতি)

(ঘ) মায়থোঙ, থাদা তাই। (উৎপ্রেক্ষা)

(ঙ) মায়না নত্রগা থারা? (সন্দেহ)

(চ) থাজ মানবা মায়থোঙ—থাজ মায়থোঙ। (উপমা)

(ছ) মায়থোঙ থামানবা—মায়থোঙথা। (উপমা)

নৈনগদবাঃ—কনাগুম্ব, কনিন মাগী শৈরেংদা "মাযথোঙথা" হায়দুনা ইরম্নবদি মাযথোঙ অদুমক্কী মশক ওইব। থা = "মাযথোঙ-থা" রূপক কর্ম্মধারয ( সমাস ) ওইনা লৌদুনা রূপকালঙ্কারনি হাযগদ্রা ? নত্রগা "মাযথোঙ থা মানবা = মায়থোঙথ," উপমিত কর্ম্মধারয ( সমাস ) ওইনা লৌদুনা উপমালঙ্কারনি হায়গদ্রা ? চিনববদি—মাগী অন্বয তৌনগদবা ( রাত্রায ওইনগদবা ) ব্রাইে অদুগী অর্থগা চানবা সমাস অদু ওইগনি, মদুগী মমীং লৌদুনা অলঙ্কারসু ওইগনি ।

(১) যশোদান কৃষ্ণগী মাযথোঙ থাবু চুপখি । উপমিত কর্ম্মধারয় সমাস । উপমালঙ্কার ।

মরম—যশোদান চুপখিবদি মাযবনি, থাবু নত্তে । অদুনা মাযথোঙ, থা মানবা হাযবদনি । যশোদাগী চুপ্পা হায়বা থবক্কা মাযথোঙগা রাত্রায ওইবা মশাক চান্নে, থাগদি চান্নদে ।

(২) "দেহি তব মুখকমলমধুপানম্" (জযদেবগী গীতগোবিন্দ) নহাক্কী মাযথোঙ থম্বালগী লৈই শা অদু এরেপেন্দা থকহনবিযু ।

শ্রীমতী রাধিকান্দা শ্রীকৃষ্ণনা হায়খিবনি ।

মফম অসিদা "মুখকমলমধুপানম" হাযবসি 'মুখমেব কমলং' = মুখকমলং তস্য মধু — মুখকমলমধু, তস্য পানম্ = মুখকমলমধুপানম্, হাযবা রূপক কর্ম্মধারযনি অমসু, অলঙ্কারসু রূপকালঙ্কারনি ।

মরম—ইবুঙোন ইবেম্মগী মফমদা প্রার্থনা তৌবিবদি লৈইরা থকপা ( মধুপান ) বুনি । কররম্বা লৈগী লৈইশানো ? নহাক্কী মাযথোঙ থম্বালগী লৈই ।

"মায়থোঙ, থম্বাল মানবা = মায়থোঙ থম্বাল" হায়না উপমিত কর্ম্মধারয় সমাসনি অমসু উপমালঙ্কারনি হায়রবদি ঈবেম্মগী মায়-থোঙবু থম্বাল মাল্লি হায়বদনি মাযথোঙ ওইতুনা অতুম্মরৈবনিনা মতুদা ( মায়থোঙ ) লৈহী লৈবা য়াদে।

(৩) হে ঈবেম্মা! নহাক্কী নীংথিবা মায়থোঙ থম্বালনি।
খোইমু ওইজবা ঐহাকপু করিগী লৎনবিবনো ?

কনাগুম্বা নায়কনা নায়িকা' অমদা হায়রবনি।

মফম অসিদসু "মাযথোঙ থম্বাল" অসি মথক্কী মতৌগুম্না রূপক কর্ম্মধারয সমাসনি অমসুং রূপকালঙ্কারনি। মরমদি থম্বালদবু খোইমুনা পাম্মী মায়বু করিম্ম পামদে।

(৮) হে ঈবুঙো! নহাক্কী নীংথিবা মাযথোঙ থম্বালবু
মীৎকুপ্তনা যেংজনিবী ঐখোযগী মিৎপু বিথিনা
করি রাখল তৌতুনা পাগা লোয়নন শেমখিবা ?

ব্রজগোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণদা চঙ্গৎচখিবনি।

মফম অসিদদি "মাযথোঙ থম্বাল" রূপক কর্ম্মধারয অমসুং উপমিত কর্ম্মধারয় সমাস অনিমক্কি। মবমদি যেংবা হায়বসি মাযথোঙবুসু অমসুং থম্বালবুসু যেংবা য়াই।

রূপকগী মখল অহুম লৈ। (ক) নিরঙ্গ (খ) সাঙ্গ, (গ) পরম্পরিত।

নিরঙ্গ রূপকগী মখল অনি লৈ। কেবল অমসুং মালা।

## ৯। (ক) নিরঙ্গ রূপক

অঙ্গ লৈতবা উপমেযব অঙ্গ লৈতবা উপমান ওইনা লৌববু

নিরঙ্গ রূপক কৌই। মহাক্সদি ওইরগা অঙ্গ লৈতবা উপমেয় অমত্তবু অঙ্গ লৈতবা উপমান অমত্তা ওইনা লৌরগনা কেবল নিরঙ্গরূপকনি অহুগা অমদগী হেনবা নিরঙ্গ উপমেয়বু অমদগী হেনবা নিরঙ্গ উপমান ওইনা লৌববুনা মালা নিরঙ্গরূপক কৌই।

## (অ) কেবল নিরঙ্গরূপক

(১) মাগী মীৎচিগী থৌরবা তেনদো।
পাল্লে ঐহাক্কী থম্মোয়গী মুংদা ॥

উপমেয়—মীৎচি; উপমান—থৌরবা তেন, ক্রিয়া—পাল্লে।

(২) লঙজরবা মনাইদা মপুনা খোঙনা কাঙবদি
মতীক চাবনি নীংথিবী। হাদে অহুগীদমক ঐহাক্কি।
ঐনা হাবমক্তবু চুংলক্লবা তুগী তিম্থংনা
নখোঙদা থিনখিবহুগীনি।

## (আ) মালা নিরঙ্গরূপক

(১) হে নীংথিবি! নহাক্তি
মাগী মমীৎকী থাবলনি।
শান্নবা য়ুমনি কামগী,
অথোইবা খুৎশেম্নি বিথিগী ॥

উপমেয়—নীংথিবী সিমক্তবু উপমান—থাবল, য়ুম, খুৎশেম, ময়াম ওইবা আরোপ (তোঙান্নদনা লৌবা) তৌরি।

(২) খুৎকী মিংশেলনি নহাক্না,
লৈরাংস্নুনি শমজিগী।

মীৎকী কাজল, ভকী লীকফাও,
নঙ্‌নি পূম্নমক ঐগী ॥

## ২। (খ) সাঙ্গরূপক

অঙ্গ শুরবা ( শরূক কয়ামুক্রা তিনবা ) উপমেয় অমবু অঙ্গ শুরবা ( শরূক কয়ামুক্রা তিনবা ) উপমান অমা ওইনা লৌববু সাঙ্গরূপক কৌই।

"অঙ্গিনো যদি সাঙ্গস্থ রূপণং সাঙ্গমেবতৎ"
( সাহিত্য দর্পণ )

**নৈনবা ঃ**—কবিনা কনাগুম্বগী ফজবা মখোঙবু উবগ; উপমেয় ওইবা মখোঙ অতুদা থম্বালগী আরোপ তৌরি ( মখোঙ থম্বাল হায়রি )। তৌইগুম্বস্নং খোঙ হেক হাযবদা খোঙশা অমস্নং খুজিনগী রাহং অমা থোরকপা য়াই। মবমদি মখোয় অসি খোঙগী অঙ্গ ( খায়দোকপা য়াবা শরূক—Part ) নি। অসিগুম্বা শরূক্ত তিনবা খোঙনা অঙ্গীনি। অস্নম তৌনা থম্বাল হেক হায়বদা মনা অমস্নং লৈরিক্কী রাহং অমস্ন লাকই। মরমদি মখোয অসি থম্বালগী অঙ্গনি। অতুনা থম্বাল অঙ্গীনি।

মরম অসিনা খোঙ ( উপমেয় ) বু থম্বাল ( উপমান ) ওইনা আরোপ তৌরবনিনা খোঙশা অমস্নং খুজিলবু থম্বালগী কয়ম্বা শরূক ওইনা আরোপ তৌবদা তারিবগে ? হায়না হংলকপা মতমদা—

(১) অঙাংবা খোঙশানা মনা ওইবা,
খুজিলগী মঙালনা লৈরিক ওইবা,

নিংথৌনা মকোক্তা থোংজবা,
নখোঙ থম্বালনিংদো নহাক্কী।

উদাহরণ অসিদা খোঙদা থম্বালনি হায়প্রবনিনা খোঙগী শরুক ওইবা ( part ) খোঙশাদা থম্বালগী শরুক ( part ) ওইরিবা মনা ( লৈনা ) অমসুং খোঙগী শরুক ওইরিবা খুজিলগী মঙান্দা থম্বালগী শরুক ওইরিবা লৈরিকনি হায়না আরোপ তৌরি। মতৌ অসুম তৌনা খাইদোক্লিঙায় শরুক লৈবা উপমেয়দা খাইদোক্লিঙায় শরুক লৈবা উপমান ওইনা আরোপ তৌরবদি উপমেয়গী শরুক ( part ) শিং অহুদন্থু উপমানগী শরুক ( part ) ওইনা আরোপ তৌবা তাই।

অহুনদি সাঙ্গরূপককী মশক অসি অসিদা তারে—অঙ্গী ওইবা ( মচেৎ তাদ্রিবা ) উপমেয়বু, অঙ্গী ওইবা ( মচেৎ তাদ্রিবা ) উপমান ওইনা অমসুং উপমেয়গী অঙ্গ ( শরুক—part ) বু উপমানগী অঙ্গ ( শরুক—part ) ওইনা আরোপ তৌববু সাঙ্গ-রূপক কৌই।

সাঙ্গরূপক মখল অনিনি। (ক) সমস্তবস্তুবিষয়ক (খ) একদেশবিবর্ত্তি।

(ক) উপমেয়দা উপমানগী অমসুং উপমেয়গী অঙ্গদা উপমানগী অঙ্গ ওইনা তৌরিবা আরোপ অহু রাইহৈমক্তনা খঙহনবা ওইরবদি মহুবু "সমস্তবস্তুবিষয়ক সাঙ্গরূপক" কৌই।

মসিগী উদাহরণ (১) গী শৈরেং অসিনি।

(খ) উপমেয়বু উপমান ওইনা আরোপ তৌববু রূপক কৌই হায়না মথক্তা তাকখ্রে। করিগুম্বা উপমেয়বু উপমান

ওইনা আরোপ তৌবদি তৌরগা মচু রাহৈনা তরং তরংনা তাকপা নত্তনা, কল্পনাদনা মরম ওইনা ফংবা অচু ওইরবদি মচুবু "একদেশবিবর্ত্তি সাঙ্গরূপক" কৌই।

(১) ফজবগী লৈরাক্লা থল্লবা শাংলবা মায়থোঙবু মাগী।
নিপাগী মমীৎ খোইমুনা থক্রোইদগে করিগী ?

শৈরেং অসিদা কবিনা "মায়থোঙ"গী বিশেষণ (Adjective) ওইবা রাহৈ অনিখক হাপ্লি—"ফজবগী লৈরাক্লা থল্লবা" অমসুং "শাংলবা"। বিশেষ্য (Noun) "মায়থোঙ" দা বিশেষণ অনি অসি তিনবা হৌনৈ, অচুবু ফজবগী মথক্তা আরোপ তৌরিবা "লৈরাক্লা" অমসুং "শাংলবা" অনি অসিনা করম্না 'মায়থোঙ'দা তিন্নগদগে ? লৈরাক্লা তিনবদি লৈরাংদা অমসুং শাংপা হায়বসিসু লৈরাংদা লৈবা হৌনৈ। অচুনা বিশেষণ অনি অসি মায়থোঙদা তিনবা য়াননবগীদমক মাবু লৈরাং ওইনা আরোপ তৌকম খোক্লে হায়বসি কল্পনাদনা ফংবনি, করিগুম্বা রাহৈ অমনা তাকপা নত্তে।

## ২। (গ) পরম্পরিতরূপক

উপমেয় অমদা উপমান অমগী আরোপ তৌননবগী মরম অতোপ্পা উপমেয় অমদা উপমান অমগী আরোপনা ওইরবদি পরম্পরিতরূপক কৌগনি।

('যত্র কস্যচিদারোপঃ পরারোপণকারণম') সাহিত্য দর্পণম্।

অলঙ্কার অসিদা রূপক মশেল অমনা অমগী কারণ ওইবা হায়রবদি অমদগী অমা ওইবগী (কার্য্য কারণ মরী) অমা লৈ হায়রুনা

মসিগী মমীং পরম্পরিত কৌবনি। সাঙ্গ রূপককী মতৌগুম্না মসিদা অঙ্গ অমসুং অঙ্গীগী রা করিম্নু লৈতে।

(১) "শ্যাম কৌবা তেনবা য়েংবদা ফজবা
রাধানা ফাখরে মীংকী লাংনা।
থমখরে মাবু থম্মোয় পোন্দা
পুন্দুনা পুক্নীংগী য়োংহেলো কোহেলোনা॥"

চণ্ডীদাস পদাবলীগী অনুবাদ।

শ্যামবু তেনবা ওইনা আরোপ তৌরুবসিমক্তনা মীংপু লাং ওইনা, থম্মোযবু পোন ওইনা অমসুং পুক্নীংবু য়োংহেলো কোহেলো ওইনা আরোপ তৌননবগী মবম ওইরি।

মফম অসিদা অঙ্গ অমসুং অঙ্গীগী মরী লৈনদবনা সাঙ্গরূপক নত্তে। উপমেয় ( শ্যাম ) বু উপমান ( তেনবা ) ওইনা আরোপ তৌবা অসিনা মরম ( কারণ ) ওইদুনা মখাগী ইবেম্মা রাধিকাগী মীংপু লাং ওইনা, থম্মোযবু পোন ওইনা, পুক্নীংবু যোংহেলো কোহেলো ওইনা আরোপ তৌরুবনি। অসিগুম্বা মরী অসি লৈবনিনা পরম্পরিত রূপক অলঙ্কারনি।

(২) কাম নিংথৌগী অতৌবা শেকপিন,
মাথকৈ লৈমগী লাইবক্কী তিলক,
অতিয়া পুথ্রিগী ফজবা থম্বাল,
কর্পূরগুম' তৌবা থাজ মকোয়না নীংথিরি॥

২। (ঘ) অধিকারূঢ় বৈশিষ্ট্যরূপক

উপমানদা ওইথোক্তবা করিগুম্বা ধর্ম্ম অমা হাপ্লগা ধর্ম্ম

অতুনা ভিন্নবা উপমানবু উপমেযদা আরোপ তৌরবদি অধিকারূঢ বৈশিষ্ট্য রূপক কৌই।

(১) "মায়থোঙনা শরৎকী থাজনি মায়হিংদি পক্কবা"

কবিনা কনাগুম্বা অমগী মাযথোঙবু শরৎকী থাজ ওইনা আরোপ তৌরি তৌইগুম্বসুং ঈচম চম্না তৌবদি নত্তে, 'মায়হিংদি পক্কবা' বিশেষণ অসিবু থাজদা হাপ্লগা তৌবনি। বিশেষণ (মায়হিংদি পক্কবা) অসিমক্তি থাজদা লৈবা হৌনদ্রবনি (ওইথোক্ত্রবনি)।

(২) অনৌবা নোংনি মসিনা
লেঙদ্রবা নোংথাংদা অসিনা

জ্ঞানদাস পদাবলীগী অনুবাদ।

নোংথাংদা 'লেঙদ্রবা' হায়বা বিশেষণ অসি লৈবা হৌন-দ্রবনি, অতুবু কবিনা বিশেষণ অসি নোংথাংদা হাপচিল্লগা 'রাধা' উপমেয়দা আরোপ তৌরি।

## ৩। উল্লেখ

অমথক্তা ওইবা পোৎশকপু মতোন্দা লৈবা তোঙান্নবা গুণশিং অতুনা মরম ওইদুনা তোঙান তোঙানবা মীশক্না তোঙান তোঙানবা পোৎ ওইনা লৌরবদি নত্রগা মী অমত্তনা ওইরবসু তোঙান্নবা মগুণশিং অতু য়েংদুনা তোঙান তোঙানবা পোৎ ওইনা লৌরবদি উল্লেখ অলঙ্কার কৌই।

(১) ত্বং নো গুরুঃ পিতৃব্যশ্চ শ্লাঘ্যো বন্ধুশ্চ নিত্যদা।
বয়ন্তু রক্ষ্যাঃ পোষ্যাশ্চ অনুকম্প্যাঃ প্রজাহি বঃ॥

নঙদি ঐথোয়গী গুরুনি' ঈখুডানি থাগৎনিঙাইনি, বন্ধুনি।

নচানি ঐখোয়দি নখোয়ন। পোকপিনিঙাযনি,
ঙাকপিনিঙায়নি থৌজানবিনিঙায়নি ।

শ্রীমাদ্ভগবত ১০ ম স্কন্ধগী ৪৮ শুবা অধ্যায়গী ২৭ শুবা শ্লোক ।

(১) ত্বমেব মাতাচ পিতা ত্বমেব ত্বমেব বন্ধুশ্চ সখা ত্বমেব
ত্বমেব বিদ্যা দ্রবিণং ত্বমেব ত্বমেব সর্ব্বং মম দেবদেব ॥

অনুবাদ : ঈপাসু ঈমাসু মরূপসু মপাঙসু ভগবন্ ।
ইহৈ ইশিং ইরন ইথুম নহাক্নি ঐগী পুম্নমক ॥

## ৪। সন্দেহ

উপমেয অমসুং উপমান অনিমকপু চিংনবা হায়বদি উপমেযনি হায়বসু ঙমদবা, উপমাননি হায়বসু ঙমদবা, অচুম্বা চিংনবড় কবিগী কল্পনাদগী ফজরবা মরোঙদা থোক্লক্লবদি সন্দেহ অলঙ্কার কৌই ।

(১' ইমাঙদা উরিবা অঙৌব'সে হিমালয়গী মতোল্লা ?
পদ্মাসনদা ফমত্না ধ্যান-ভৌরিবা শিবরা ?

শ, চ, গী অনুবাদ ।

(২) চিকুরে গরএ জলধারা—
মুখশশীভয়ে কিয়ে কাঁদে আঁধিযারা ? বিদ্যাপতি ।

অনুবাদ—শম্নাংদগী তারকপা ঈশিংলা ?
মাই থাবু কিহ্না অমম্বনা কপ্পরা ?

( চাইথবা লোইবদা ঙাযরিবা রাধিকাগী অচোৎপা শম্নাংদগী
ঈশিংনা তারি ।)

কবিনা চিংনরি—শম্নাংদগী তারকপা ঈশিংলা? নত্রগা রাধাগী মায়থোঙ থাবু কিরবা অমম্বগী পিরাংলা?

(৩) কুঞ্জগী থোঙজিন্দা লেপ্লব'সি কনানো নোংলা কৃষ্ণরা?
উরি'বসি করিনো চুমথাংলা রাহোং মতুরা চূড়াগী?
উয়োক পরেং পাইরিবরা? ওকশমদা মুক্তা পরেং হাইবরা?
নোংলক্কা কুম্না নোংথাংলা? নত্রগা সনা ফীগেরা?
তারীবসিবু নোঙ্খোল্লা? বাশী খোঙেল্লা ঈবুঙোগী?

কৃষ্ণকমলগী অনুবাদ।

## ৫। উৎপ্রেক্ষা

উপমেয় অমবু উপমানগা মান্নমনখিবা মরম্না উপমাননি হায়না কন্না চিংনরবদি উৎপ্রেক্ষা অলঙ্কার কৌগনি। "ভবেৎ সম্ভাবনোৎপ্রেক্ষা প্রকৃতস্য পরাত্মনা।" সাহিত্য দর্পণ—

নৈনবা:—"সন্দেহ" অলঙ্কারগা "উৎপ্রেক্ষা" অলঙ্কারগা খেন্নবদি "সন্দেহ" অলঙ্কারদনা উপমেয় ওইবা মাযবু মায়র নত্রগা থারা হায়না চিংনবদি পাঙ্গল মান্ননা লৈ। হায়বদি মায়নি হায়না লেপ্লম্লু, থানি হায়না লেপ্লম্লু ওমদ্রি। উৎপ্রেক্ষা অলঙ্কারদদি মায়বু থানি হায়না চপ চানা লেপত্রবম্লু সন্দেহ অলঙ্কারগী মতোঙ্খুন্না মায়কৈ অনিমক্কা পাঙ্গল মান্নবদি নত্তে। মায়কৈ অমরোমদা (উপমান) দা নমকক্না লৈ। মায়কৈ অমরোমদনা চাং হেন্না চিংনবা অত্রবু উৎপ্রেক্ষা কৌই হায়বদনি।

উপমা, রূপক, ভ্রান্তিমান্ অমসুং অতিশয়োক্তিগা উৎপ্রেক্ষাগা খেন্নবদি অসিনি—মথক্কী অলঙ্কার মরী উপমা, রূপক, ভ্রান্তিমান্,

অতিশয়োক্তি ) দা চিংনবগী রা করিস্ন যাওদে। 'উৎপ্রেক্ষা' অলঙ্কারদা "রূপক" অলঙ্কারগী মতৌগুন্না উপমেয় ( মায়নচিংবা ) বু উপমান ( থানচিংবা ) মক্কি হায়না থাঙ্গেশেংনা লৌদ্রবস্নু রূপকা-লঙ্কারগা নক্তি নক্লরে।

উৎপ্রেক্ষা মথল অনিনি। (ক) বাচ্য (খ) প্রতীয়মান।

(ক) বাচ্যোৎপ্রেক্ষা—মথক্তা উৎপ্রেক্ষা করিবু কৌবগে হাযবত্থু তাবাখ্রে। মত্থু রাহৈনা তরং করংনা তাক্লবা মতম অত্থুদা বাচোৎপ্রেক্ষা কৌগনি।

রাহৈশিং অত্থুদি—গুইবদা তাই, শোযরোয, মতামাল্লি অশিনচিংবা।

(খ) প্রতীয়মানোৎপ্রেক্ষা—মথক্তা তাকখ্রবা উৎপ্রেক্ষাবু শরুনা তবংনা তাকপদি নত্রবস্ন রাহৈ পবেং অত্থুগী অর্থনা উৎপ্রেক্ষাগী মরোচদি অত্থুমরৈবা মতম অত্থুদা প্রতীয়মানোৎপ্রেক্ষা গুইগনি।

## (ক) বাচ্যোৎপ্রেক্ষা

(১) খঙনা খঙনা মঙাওদে ঙম্না ঙম্না মঙাকপি,
পীথোক পীথোক্লা মশাবু থাগৎপস্নু মতৌদে,
মরম অত্থুনা মাঙোন্দা লৈরিবা গুণ পুন্নমক
পোকনিন্নখিবা মতানি।

রঘুবংশগী অনুবাদ।

(২) "চঞ্চল লোচনে বঙ্কনেহারনি অঞ্জন শোভনতায়,
জনু ইন্দীবর পবনে ঠেলল অলিভরে উল্টায়।"

বিদ্যাপতি।

অনুবাদ—কাজলনা ফজবা তথকপা মীৎনা
খোইতক্লা য়েংবদি, মুংশিৎকী শউমা
থেংলবা থম্বালনা, খোইমুনা তোংবদা
লৈনা লৈনা চেপ্পা চেপ্পা
হাইথখিবগী মতানি ॥

ব্যাখ্যা—শ্রীমতী রাধিকাগী কাজল থারবা মীৎনা খোইতক্ল য়েংবত্তুবু কবিগী ভাবনেত্রনা উরগা হাযবি "নুংশিৎনা হুমখিবা মরম্না নোম্লোম তৌববা অতুগী মথক্তা খোইমুগী অরাম্বস্থ পুরিবা থম্বাল কৌবী লৈরাংনা চেপ্পা হাইথখিবা মাল্লি।" কাজলগা খোইমুগা, তথকপা মীৎকা নুংশিৎনা হুন্নবা থম্বালগা, খোইতক্লা য়েংবগা থম্বালনা চেপ্পা হাইথখিবগা অতু যৌনা মান্নে—মান্নখিবা অতুমক্তনা মরম ওইতুনা—

| উপমেয | উপমান |
|---|---|
| কাজলবু | খোইমু |
| তথকপা মীৎপু | নুংশিৎনা হুন্নবা থম্বাল ওইনা |

খোইতক্লা যেংবা মীৎয়েংবু চেপ্পা হাইথখিবা ওইনা লৌবা য়ানবা চিংনরি। থাঙ্গেশেংবা শ্রীমতীগী কাজল তৈরবা তথকপা মীৎনা খোইতক্লা য়েংবত্তুবু থাঙ্গেশেংবনি হাযত্রতুনা থাঙ্গেশেংবা নত্তবা হুংশিৎকী শউম ফংবা অতুদগীস্থ খোইমুনস্থ তোংলবা থম্বালনা চেপ্পা হাইথখিববু যারবদি থাঙ্গেশেংবা ওইনা লৌগে থৌরাংলি।

(৩) ঈবেন্মগী শমজিদা সনাগী লৈতেং
থোনবদি, অমুবা নোংগী মরক্তা
লেঙদ্রবা নোংথাংনা লৈরেত্নুম হায়নিঙিঙ ।

শ্রীমতী রাধিকাগী শমজি অমুবনি, অদুগী মথক্তা থোল্লিবা সনাগী লৈতেংনা অভাংবনি। মদু উবগা কনাগুম্বা কবিনা হায়রি "নোংগী মবক্তা লেঙদ্রবা নোংথাংনা লৈবেত্নুম হায়নিঙিঙ।" মান্নবিবদি -

শমজিগা নোংগা
সনাগী লৈতেংগা লেঙদ্রবা নোংথাংগা ?

উদাহবণ অসিদা নোংথাংদা লেঙদ্রবা হাযবা বিশেষণ অমা পীরি। মসিমক্তি নোংথাংদা লৈবা হৌনদবনি। অদুবু কবিনা লৈবা যাবা ওইনা হাযবি। অদুনা মফম অসিগী উদাহরণ অসি "অধিকারূঢ় বৈশিষ্ট্যবাচ্যোৎপ্রেক্ষা" নি।

## (খ) প্রতীয়মানোৎপ্রেক্ষা

প্রতীয়মানোৎপ্রেক্ষাগী মশক মথক্তা তাকপ্নে।

সৈষা স্থলী যত্র বিচিন্বতা ত্বাং দৃষ্টং মযা নূপুরমেকমুর্ব্যোম।
অদৃশ্যত ত্বচ্চরণারবিন্দ-বিশ্লেষদুঃখাদিব বদ্ধমৌনম্ ॥

রঘুবংশ মহাকাব্য।

শ্রীরামচন্দ্রনা লঙ্কাদগী সীতা পুদুনা অযোধ্যা তম্না বিমান তোংদুনা লেংলকপা মতমদা সীতা যেংদুনা তাকপীখিবা ৱাহৈনি।

হে সীতে! মফম অসি মমাঙৈঙগী'দুনি। মফম অদুদা নহাকপু ঐনা মথং মথং থিরকপদা নখোঙ থম্বালদগী নাম্বহৌরবা

লৈমায়দা তাহ্লনা লৈরম্বা নূপুর অমখক উখিবা, মহাক্ অহুমক্তি মখোল থোক্লমদে, মরমদি নখোঙ থম্বালগা কায়নবগী অৱাবহ্ন-মক্তনা ওইগদমাল্লে।

উদাহরণ অসি বাচ্যোৎপ্রেক্ষাগীনি। মসিদা 'ইব' য়াওরম-দ্রবদি প্রতীযমানোৎপ্রেক্ষাগী উদাহরণ ওইবা যারমগনি।

(১) তন্বঙ্গ্যাঃ স্তনযুগ্মেন মুখং ন প্রকটিকৃতম্।
হারায় গুণিনে স্থানং ন দত্তমিতি লজ্জয়া॥

সাহিত্য দর্পণ

অনুবাদ—শানৌগী হৈরাং অনিনা মমায় ফীরুক্ক খুম্বনি,
মানা মগুণ লৈববা লিক্লাং' লৈকম পীখিদে
হায়বগী ঈকাযবনক্তনা।

বিশ্বনাথ কবিরাজনা হায়রি—হৈরাং না ঈকায়বদি হৌনদ-বনিনা ঈকাযবনা ওইবতায অস্নুম্না অর্থ তৌগনি। অসিগুম্ব. অর্থ অসি ৱাহৈনা তাক্তবনি, অর্থদনা ফংজবনিনা প্রতীযমানোৎ-প্রেক্ষানি।

(২) নংগী খোঙ্গুল খঙদ্রবা এবু শজি অমোমশি-হ্নুনা
মমীৎ লাওনা পাঙহ্নুনা থা–মায়কৈদা যেংহ্নুনা
কুশ মযোল ফাওবা থক্তন তাকখি নংগী লম্বীবু।

শ্রীরামচন্দ্রনা সীতাদা তাকপিখিব ৱাহৈনি। "তাকখি" হায়বা ৱাহৈ অসিগী অর্থ 'তাকখিবগী মতৌনি' হাযনা লৌবা তারি। শব্দনা তাক্ত্রবা অর্থ খম্থরগা ফংবা ওইবনিনা প্রতীয়-মানোৎপ্রেক্ষা অলঙ্কারনি।

## ৬। ভ্রান্তিমান্

মান্নবনা মরম ওইদুনা পোৎশক অমবু অমনি হায়না খঙবা (লান্নবা) অদুবু ভ্রান্তিমান্ অলঙ্কার কৌই। মসিমক্তি চুম্নগী ঈচম চম্বদি নত্তনা কবিগী কল্পনাদগী ফজবা মরোওদা থোক্লক্লবদা ওইগনি।

(১) য়েংউ সখি থম্বাল মানবী ' ঈনুংদা মমি তারবা
মমীৎপু মানা উরগা থম্বালনি হায়না খল্লদুনা
ফাগে হায়দুনা হন্না, হন্না কথা রানা হোৎনবি ॥
মীৎ অমসুং থম্বালগী মান্নবসিমক্তনা ভ্রমগী মকনি।

(২) কদম্ব মখোওদা কৃষ্ণবু উবকপদা, রাহোনা
অনৌবা নোংনি খল্লুবে জংগায শাথেক হৌখরে ॥

## ৭। অপহ্নুতি

থাক্লেশেংবা উপমেযবু নত্তে ওইদনচিংবা রাহেন ককথৎলগা উপমাননি হাযনা লৌবা (যাবা) অদু ওইরবদি "অপহ্নুতি' অলঙ্কার কৌই।

নৈনবা ঃ—রূপক অমসুং অপহ্নুতি অলঙ্কার অনি অসিগী খেন্নবদি অসিনি—রূপক অলঙ্কারদা উপমেযবু উপমেয নত্তে হায-বনচিংবা ককথৎপা রাহে যাওবোই। অপহ্নুতিদনা যাওগনি।

অপহ্নুতি অলঙ্কারদা উপমেযবু ককথৎপসি মরোও অনি খোক্লা ওইবা যাই। উপমেযবু ককথৎপনা হাল্লগা উপমাননি হাযবনা কোনবা অম. উপমাননি হায়বনা হাল্লগা উপমেযবু ককথৎপনা কোনবা অমা।

**উপমেয়বু ককথৎপনা হানবা—**

মসি অতিযা নত্তে সমুদ্রনি, থরানমিচাকস্নু নত্তে মখোয়সে,
অনৌবা কোঙ্গোন ভাক্তনি, থা নত্তে মসিস্নু
ফৈদেক কোনবা অনস্তনি, মায়হিং নত্তে উরিবসে
মনুংদা চেপ্লিবা হরিনি।

**উপমেয়বু ককথৎপনা কোনবা—**

উরিবসি থম্বালনি, মমায নত্তে করিস্নু
মসিমস্নু খোইমুনি মীৎস্নু নত্তে মসিগী। অসিনচিংবা

## ৮ নিশ্চয়

উপমান নত্তে হাযনা ককথৎলগা উপমেযবু উপমেযনি হায়না লেপ্পা মতম অতুদা নিশ্চয় অলঙ্কাব ওই।

অলঙ্কার অসি অপহ্নুতিগী ওন্নবৈনবনি

(১) শানৌ অসিগী মনাক্তা খোইমু নংনা করিগী
অবেম্বদা পাইবিবনো? থম্বাল নত্তে মমাযনি
থরো নত্তে মমীৎনি হৌজিক ফাওবা খঙদরি?

(২) কাম নডনা করিগী এহাকপু চাক্রি?
নত্তে এদি মহাদেব, নুপীমচা অমনি।
ঈকোক্তা লৈরিবসি জটা নত্তে বেণীনি
মালতী কোবী লৈরাংগী পরেংনি, নত্তে গঙ্গাদি।

## ৯। প্রতিবস্তূপমা

(ক) উপমেয অমস্তুং উপমান অনিনা তোঙান্নবা রাইগী পরেংদা লৈবা, (খ) উপমান উপমেয় ওইবা রাইহে পরেং অনিদা

সাধারণ ধর্ম্ম ( অনিদা চপ মান্নবা লৈবা গুণ, ক্রিয়া ) পনবা, (গ) রাহৈপরেং অনি অতুগী অর্থ অদু মুন্না খল্লুরগা মখোয় অনিদা মান্নবা ফিবম অমা লৈ হায়বদু খঙলকপা, মান্নবা খঙহনবা ( গুন্না, মানবা, অসিগুন্না ) রাহৈনা তাকপা নত্তবা, (ঘ) রাহৈ পারেং অনি অতুদা মান্নবা ফিবম তাকপা রাহৈ অদু মশক তিন্নদবা ওইবা অতু ওইরবদি প্রতিবস্তুপমা কৌই।

(১) পোকপগী মহৈ য়াল্লগীনি দময়ন্তী নহাকসে
ফাওবনা নল নিংথৌদো নগুণগী মখা পোনখ্রে।
থাবল মানা সমুদ্রবু ঈথক ঈপোম হৌহল্লি
অসিদগী হেন্না থাবলগী থাগৎনিঙায করি লৈ॥

নৈষধ চরিত।

(২) লঙ্কাগী সম্পৎ হায়দুনা লোইগনি কনানা ?
কনানা ওমগনি মশীং থীবা সমুদ্রগী রতন
থৌরাম্নিচাক আকাশগী ? মধুসূদন।

"হায়বা" "মশীংথীবা" অনি অসিগী তাৎপর্য্যদি অমত্তনি উপমেয লঙ্কাগী সম্পৎ, উপমান সমুদ্রগী রতন অমসুং আকাশগী থরাম্নিচাক।

## ১০। দৃষ্টান্ত

উপমেয অমসুং উপমাননা তোঙান তোঙানবা রাহৈদা লৈবা, মখোয় অনিদা লৈবা ধর্ম্ম ( গুণ ক্রিয়া ) অতুসু তোঙান্নবা, তৌই-গুম্বসুং মুন্না খল্লরগা মান্নে হায়বা খঙলকপা অতুগা উপমেয়গী মবমদা বর্ণনা তৌখিবা রাহৈবু সমর্থন তৌবগী ( রা পাংবগী ) মশক

ওইনা উপমানগী মবমদা বর্ণনা তৌবা ৱাহৈ অম। হায়রক্রবদি মতুৱ্ দৃষ্টান্ত অলঙ্কাব কৌই।

প্রতিবস্তুপমা দৃষ্টান্ত অমসুং অর্থান্তরন্যাসকী খেন্নবা—

(ক) অর্থান্তরন্যাস অলঙ্কারদা অহানবা ৱাহৈনা সামান্য ওইরগা অনিশুবা ৱাহৈনা বিশেষ ওইগনি।

(খ) প্রতিবস্তুপমা অমসুং দৃষ্টান্ত অনিদদি অর্থান্তরন্যাসকী মতৌগুম্না অহানবা ৱাহৈব্ অনিশুবা ৱাহৈনা সমর্থনদি তৌই অদুবু সামান্য বিশেষ ওইবদি নৈতে।

(গ) প্রতিবস্তুপমাদনা উপমান উপমেয় অনিদা নৈনা ধর্ম অত্ত তোঙানবা ৱাহৈনা তাৱ্রবস্তু অমত্তদি ওইগনি অদুগা দৃষ্টান্ত দনা ধর্ম অত্ত মান্নে হায়বত্তনি।

(১) অফাওবা কবিগী ৱাহৈদি অর্থ খংদ্রবসু নাকোংদা
অমৃতগী ধারা হৈথবি, মুংশিব, নমত্ত, ননলুদ্রবসু
মালতীগী পরেংনা মীৎপু তেক্না চিংশিন্নি।

উপমেয়গী 'অফাওবা কবিগী ৱাহৈ' উপমান "মালতীগী পরেং" তোঙান্নবা ৱাহৈদা নৈরি। উপমেয়দা নৈবা ধর্ম—নাকোংদ অমৃতগী ধাবা হৈথবা-নাকোংবু নুংঙাইহনবা, উপমানদা নৈব ধর্ম—মীৎপু চিংশিনবা=মীৎপু পেন্নহনবা। অহানবা ৱাহৈব সমর্থন তৌবা ওইনা অনিশুবা ৱাহৈ হায়রকই। ৱাহৈ অনিমব বিশেষ ওইবা ঙাক্তনি। মরম অসিনা দৃষ্টান্ত অলঙ্কারনি।

(২) নঙবু উজবগা মাগী মৈচাক কোকই কামগী।
থানা থোক্লবদা হুঙঙাইজবনি থরোগী ॥
(৩) রায়েল্লিঙৈদবু নহাক্লা কৈদগী ধর্ম্মনা কায়গনি?
থোক্লিঙৈদবু হুমিংনা অমম্বা কদাযদগী লাকনি।

## ১১। নিদর্শনা

অতুগুম্বা অলঙ্কার অতুদা পোৎশক অনিগী "অসম্ভব" অমসুং "সম্ভব" ওইব সম্বন্ধনা ব্যঞ্জনা বৃত্তি (শব্দগা অর্থগা লৈনবা মরী ও শুন্য) গী মতেংনা পোৎ অনিগী মনুংদা উপমেয় অমসুং উপমানগী হিরাঙ অমা খঙহল্লবদি মতুবু নিদর্শন কৌই।

অলঙ্কার অসিগী মরমদা রাহৈ খরদং—

(ক) অলঙ্কার অসি রাহৈ অমত্তগীনি।

(খ) "পোৎশক অনিগী সম্বন্ধ"গী অর্থদি মক ওইনা কবিনা বর্ণনা তৌরিবা অলঙ্কারশিংগী মরোলদা প্রকৃত নত্রগা উপমেয় হায়নবা পোৎ অমা, অমসুং কবিনা মরু ওইনা বর্ণনা তৌগদবদি নত্রগা অলঙ্কার অমা শেম্নবগীদমক বর্ণনা তৌরিবা পোৎ, অনি অতুগী লৈনবা মরী।

(গ "অসম্ভব ওইবা সম্বন্ধ" হায়বদি লৈনরিবা মরী অতু মী খুদিংমক্লা য়ানরবা নত্তবা।

ঘ) 'সম্ভব সম্বন্ধ' হায়বদি লৈনরিবা মরী অতু মী খুদিংমক্লা য়ানরবা।

(ঙ) পোৎশক অনিগী লৈনরিবা মরী অতু মী খুদিংমক্লা

য়ানৱবা ওইসনু য়ানদবসু ওইসনু মীৎয়েং অমগী মশানন। পোৎশক অনি অদুগী মশাদা মান্নবা মৱোও অমা ফোংদোক্লকই।

ক) পোৎশক অনিগী ওইথোক্তবা সম্বন্ধগী নিদর্শনা—

(১) অশেংবা শকুন্তলাবু
তাম্থোকখ্রগা দুষ্মন্তনা
অয়েকপা মুত্তিবু কোনবদি
অচৌবা ঈপাক হন্দোক্লগা
নুংশা তরংবু চানবনি।

মফম অসিদা উপমেয় অনি লৈ—"অশেংবা শকুন্তল" "অয়েকপা শকুন্তলা" অসিগুম্না উপমানসু অনি লৈ—"অচৌবা ঈপাক," "নুংশা তরুং"।

কবিনা বর্ণনা তৌগদৌরিবা পোৎশক্কি দুষ্মন্তনা অশেংবা শকুন্তলাবু তাম্থোকখ্রগা থাঙ্গৈশেংবা নত্তব অয়েকপা শকুন্তলা কোনখিবা অদুনি। কবিগুম্বা অলঙ্কার অমা শেমগে হায়বগীদমক "অচৌবা ঈপাক হন্দোক্লগা নুংশা তরংবু চানবনি" হায়বা কবিগী মরু ওইনা বর্ণনা তৌফম থোকপা রাঙৈ অসি হায়রম্বদনি। দুষ্মন্তন থাঙ্গৈশেংবা শকুন্তলাবু থাদোকখ্রগা অয়েকপা মুত্তিবু কোনবদি কোনখি চুম্মি অদুবু মতম অদুদা দুষ্মন্তনা অচৌবা ঈপাক হন্দোক্লগ নুংশা তরংবু লুনদি তৌখিদে—মতম অমত্তদা দুষ্মন্তনা থবক অনি অসিগা মরীদি থমখিদে। মরম অসিনা "দুষ্মন্তনা অশেংবা শকুন্তলাবু থাদোখ্রগা অয়েকপা শকুন্তলাবু কোনবদি ঈপাক হন্দোক্লগা নুংশা তরংবু লুনা তৌবগা মান্নে" হায়বসি কুপ্পা থল্লগা থঙলকই।

(২) ফিজেৎকী মপান তাংদবা অম্বুক নীংথিবা মশাবু
লাইনিংগী অরাবা থৌদাংদা খাওহনগে নীংলিবা ঋষিদো
অশংবা থম্বাল মনাগী অথৌবমচেক অতুনা
শমীকৌবা উপালগী মশাকক্কে হোৎনবনি ॥

অভিজ্ঞান শকুন্তলম্ ।

শৈরেং অসিদা মহাকবিনা হায়নিংলিবদি—"থোৎচরবা নৌ-জবরা শকুন্তলাগী মশাবু লাইনিংগী অরাবা থৌদাং ( তপস্যা ) দা কণ্বঋষিনা ঈনশিনবা" অসিনি। অলঙ্কার অমা হাপ্পিংলতুনা মহাক্না অমুকস্তু "অশংবা থম্বাল মনাগী অথৌবমচেক অতুনা শমীকৌবা উপালগী মশা কক্কে হোৎনবনি" হায়রকপনি। অতুনা মথক্কী অসিবু উপমেয় অমস্তুং মখাগী অসিবুনা উপমাননি হায়গনি। শৈইগুম্বস্তু অনি অসি মতম অমতদা কণ্বঋষিনা ঙম্খিবা নত্তে। অতুনা পোৎশক অনি অনিগী সম্বন্ধ ( মরী ) অসম্ভব ( নয়ান্না খড়নদবা ) নি।

অসিগুম্বা বস্তু অনিগী অসম্ভব ওইবা সম্বন্ধবু তরু তরুহনবা শারবদি ব্যঞ্জনা নত্তনদি ওইথোক্কে।

থোৎপা নৌবগী লম্বীদা য়েংলগা শকুন্তলাগী হকচাং অমস্তুং অশংবা থম্বাল মনা অনি অসি মথং মনাও নাইনা উপমেয় অমস্তুং উপমাননি। অকনবগী লম্বীদা য়েংলগা লাইনিংগী থৌদাংবু পাঙথোকপা, অমস্তুং শমী মশা ককপা অসিস্তু মথংশিৎনা উপমেয় অমস্তুং উপমাননি।

অতুনা রাহৈ অসিগী মরুপ হুঙ্গিনবা অর্থ কবিনো হায়রগা থম্বাল অশংবগুম্না থোৎচ নৌজবা শকুন্তলাগী মশা অতুনা শমীগী

মশা ককপগুম্বা তপস্যা ( লাইনিংগী থবক ) বু পাঙথোকপনি হায়বসি কন্বঋষিনা পাম্মী" অসিনি ।

(খ) ওইবা য়াবা বস্তু সম্বন্ধগী নিদর্শনা

(১) অয়ং মন্দদ্যুতির্ভাস্বানস্তাচলংতু গচ্ছতি।
উদয়ঃ পতনায়েতি শ্রীমতো বোধয়ন্নরান্ ॥

অনুবাদ :—অপীকপা মঙাল পুত্না নুমিৎনা চঙ্খি নোংচুপচিং
মপান ফরিবশিংদা খঙহন্দুনা "কাখৎলুরবদি ভাবনি"

নুমিৎনা মপান ফবিবশিংদা খঙহনবা হাযবসি ওইথোক্কবনি, মরমদি মহাক অসি ঙাঙবা শকপা ঙম্বা অমস্রুং ইঙ্গিত অম তৌবঙম্বা পোৎশক নত্তে । খঙবা চুন্নগী ক্রিযা অমনি, খঙহনবা ঈনশিনবা ক্রিযানি । অদুবু ব্যাকবণগী অবুপ্পা বিচার যুক্তি কয়া মবম ওইদুনা নুমিৎনা মী পুম্নমকপু খঙহল্লম্মী হাযবদা কবি অকাযবা লৈতে ।

থাঙ্গেশেংনা মহাক্না ঈনশিন্দ্রবস্মু ঈনশিনবা ঙম্বা লমচৎ অদু চৎলবদি মহাক অদুবুস্মু ঈনশিনবা কৌই । মবম অসিনা মথক্কী উদাহরণ অসি বস্তু অনিগী ওইবা যাবা সম্বন্ধগীনি ।

মথক্কী উদাহরণ অসিদগী পবিকল্পনানা মবম ওইদুনা য অর্থ করিনো হাযবদুদি অসিনি—নুমিৎনা থোকলুরবদ, তাদন তোক্কবা অদুগুম্না মীওইবনা চাওখৎলুরবদা হন্থরক্কনা তোক্কে

মপান ফরিবা মী উপমেযনি, নুমিৎ উপমাননি ।

মীওইবনা মপান ফরুরগা হন্থরকপা, নুমিৎনা থোকলুরগ তারকপা অনি অসি কুপ্পা খন্থরগা খঙলকপা মান্নবা মরোঙনি ।

দৃষ্টান্ত অমসুং নিদর্শনাগী খেন্নবা —

(ক) দৃষ্টান্ত অলঙ্কারদ কবিনা বর্ণনা তৌগদবা বিষয় নত্তবা করিগুম্বা অলঙ্কার অমগুং শেমনিংঙ্গনা নহায়রম্বা উপমান অদু লৌথোকপম্ম য়াই। লৌথোক্লগা অলঙ্কার য়াওদ্রে হায়বতনি, তৌইগুম্বসু কবিনা বর্ণনা তৌনিংলিব পোৎশক অদুদি কায়রোই। নিদর্শনাদদি উপমানবু থাদোকপদি ঈয়া যারোই, মহাক অদু উপমেয়গা যেংনা তোংনজনা লৈগনি।

(খ) দৃষ্টান্তদদি উপমান অমসুং উপমেয় অনিমক মহৈ মহৈ মনা। ত্মন্নবা রাহৈ অনিদা লৈবা মবন্না রাহৈ অনি অদু লোইববা মতুংদা রাহৈ অনি অদুগী মবমদা য়ুন্না নৈনকববগা মান্নবা মরোঙ অদু খংলকই। শন্না হায়ববদা নিদর্শনাদনা অহানবদা মান্নবা মরোঙ অদু খংলগা কোন্না রাহৈ লোইশিন্নকপনি।

## ১২। সমাসোক্তি

কবিনা বর্ণনা তৌগদৌবিবা বিষয় ( প্রস্তুত—উপমেয ) অদুদা থাদৈশংব, বর্ণন তৌগদবদি নত্তবা বিষয (অপ্রস্তুত—উপমান ) গী ব্যবহার অদু আরোপ তৌববদি ( হায়জিন্নরুবদি ) সমাসোক্তি অলঙ্কার ওইগনি।

ব্যবহার হায়বদি—লমচৎ, স্বভাব অসিনচিংবা।

শন্না হায়ববদা—কবিন বর্ণনা তৌগদবা বিষয়, তৌরোইদবা বিষয় অনিমক্কী মান্নবা থবক, লিঙ্গ অমসুং বিশেষণ অসি যেংজনা অমদা অমগী ব্যবহার আরোপ তৌবা মতম অদুদা সমাসোক্তি অলঙ্কার ওইগনি।

মথক্তা হাযখ্রিবা লিঙ্গ বিচার অসি সংস্কৃত সাহিত্যিকশিংগী মতম মতুঙইন্না হায়বতনি। সংস্কৃত নত্তবা লোনগী সাহিত্যশিংদদি লিঙ্গ মাল্লব্রবস্ু অলঙ্কার অসি ওইনৈ।

(১) হে মলয় নুংশিৎ নামিবা,
নিংথিবী মাগী থাখুমফিবু
হাইদোক্লুনা নঙনা কোল্লি চেজেংনা।
মরম অসিনা ভাইবংদা
নঙদনি থাগৎপা য়াবদি।

খুদম অসিদা থাখুমফিবু হায়দোকপা হায়বা থবক অসি নুংশিংনস্ু কনাগুম্বা নায়কনস্ু তৌই। অতুনা থবক অসি অনিমক্তী মান্নবা থবক্রি। অসিগুম্বা থবক অসি যেংজুনা কনাগুম্বা নায়কনা তৌবা থবকপু নুংশিত্তা থাংজল্লুবে।

(২) ভাইবং থুনা কোযক্লবে
ইল্লক্লে মতুঙদা নুমিৎনা
লেপল্লবে লাক্লুনা সন্ধ্যাগী নাক্তা।

খুদম অসিদা ব্যাকরণগী লিঙ্গগী মতুঙ ইন্না নুমিৎপু নিপা ওইনা সন্ধ্যাবু নুপী ওইনা অতুগী মথক্তা নিপা নুপীগী ব্যবহারবুস্ু অনি অসিদা হাপচিল্লি।

(৩) নুংদা নাপল চেল্লবা রাউথা নবা থম্বালনা
মপাল থোক্লা নাপনবা থরোদা পাংজুনা
য়েঙ্খি খম্বনমীৎয়েংনা।

উদাহরণ অসিদা 'রাউথা নবা' 'নুংদা নাপন—চেল্লবা' বিশেষণ

অসি নায়ককা কায়নবদগী রারবী নায়িকাদস্মু লৈবা য়াবনি। অতুনা মুমিংকা কায়নবদগী রারবা থম্বালদা নাযিকা অমনা চৎকদবা ব্যবহার অতুস্মু থংজিল্লি। "মপান থোক্লা নাপনবা" হায়বা বিশেষণ অসিনা নায়ককা পুম্ন লৈমিন্নবিবী নায়িকা অমনা চৎকদবা ব্যবহার অহুবুম্মু থরোদা থাংজিল্লি।

রূপক অমস্মুং সমাসোক্তিগী খেন্নবা—

রূপক অমস্মুং সমাসোক্তিদা উপমেয় (প্রস্তুত) গী মথক্তা করিগুম্বা অমা ওইনা আবোপ তৌশিল্লকপগী রাদি ইরৈ মরৈ। লৌইগুম্বস্মুং রূপক অলঙ্কারদদি উপমেয়দা উপমান (অপ্রস্তুত) ওইন, তরং তরংনা আবোপ তৌবি। অতুগা সমাসোক্তিদদি উপমেযদা উপমান ওইনা আরোপ তৌবা নত্তে, উপমানগী ব্যবহারদবু আরোপ তৌবনি। অমুকস্ম অমনা "রূপক" অলঙ্কারদা উপমাননা উপমেযদা মশাবু আবোপ তৌশিন্দুনা উপমেযগী মশকপু কুপশিল্লি। সমাসোক্তিদনা উপমান মশানা মশাগী মশকপু থুপ্লুনা থম্লগা উপমেয়গী মথক্ত উপমান মশাগী ব্যবহার অতুগী মথৈদং আরোপ তৌশিল্লি।

"রূপক" অলঙ্কাবদদি উপমেয় অমস্মুং উপমান অনিগী মশক অহু রাহৈনা তাক্কনি। সমাসোক্তিদনা উপমেয়বু রাহৈনা তাক্লগা উপমানবুদি ব্যবহারতনা খঙনগনি।

## ১৩। অতিশয়োক্তি (ক)

উপমেয়গী মথক্তা উপমানমক্তি হাযনা হেক্তিনা আরোপ তৌববু কবিনা থাঙ্গৈশংবনি হায়না লৌরবা মতম অতুদা অতিশয়োক্তি

কৌই। রূপক অলঙ্কারদা "মায়থোংথা" অসিনচিংবদা "মায়থোং" হাযবা উপমেয় অসি রাহৈগী মনুঙদা যাওরি। অতিশযোক্তিদদি উপমেয় অচু রাহৈগী মনুঙদা যাওদ্রগা রাখলদনা ফংবা উপমেয় অচুদা উপমানমক্তি হাযনা আরোপ তৌবনি। মসিবু হেঙ্গিন্ন আরোপ তৌবা হাযরিবনি। রূপক অলঙ্কার অমসুং উৎপ্রেক্ষাগী খেন্নবদি মসিনি—উপমেযদা উপমানগী আরোপ অচু উৎপ্রেক্ষাদদি থাঙ্গৈশেংবচু ওইদ্রি, অতিশযোক্তিদনা থাঙ্গৈশেংখ্রে।

অতিশযোক্তি মখল মঙানি (ক) ভেদদা অভেদ, (খ) অভেদদা ভেদ, (গ) সম্বন্ধদা অসম্বন্ধ, (ঘ) অসম্বন্ধদা সম্বন্ধ, (ঙ) কার্য্যকারণ অনিগী মতম ওন্নব।

ভেদদ অভেদ (তোঙান্নবা পোৎপু তোঙান্নদবনি হাযন লৌবা) গী উদাহরণ।

(ক)

(১) রাহোং মতুনা করম্না কোকথক্কদি লৈবিনা
নিপান্নি পানবর্গী থাজনা মাগী মখাদা লৈবিনা।
হাইবি তুমলি মখাদা থবে। অশংঙবা অনিনা
থোইদিং মপান্না মখাদা অতুদগী পোহান্না।

কনাগুম্বা নায়িকাগী শমদগী তৌতুনা লাইবক, মীৎ অনি, নাতোন, চিনবান অনিবু বণনা তৌবা শৈবেংনি।

(২) তমালগী নাক্তা সনাগী উরী, যেংবদা মীৎকম হো বা যাদে।
অনৌবা নোংনা যেত্তা নোংথাংনা ওইদা নোক্লা নোক্লা লেপ্রবে॥

পদকর্ত্তানা বাধা কৃষ্ণ যুগোলরূপবর্ণনা তৌজরি। অচুবু শৈবেংগী মনুঙদা রাধা কৃষ্ণ হাযবা মযেক্তি য়াওদে। যাওরিবদি তমালগ

সনাগী উরীগা, অনৌবা নোংগা নোংথাংগা অসিদনি। কৃষ্ণগা তমাল অমস্তুং অনৌবা নোংগা, রাধাগা সনাগী উরী অমস্তুং নোংথাংগা তোঙান্নবা পোংনি। মচু মান্নে হায়বত্তনি। অদুবু কৃষ্ণবু কৃষ্ণ হায়দনা তমাল অমস্তুং অনৌবনোং ওইনা অদুগা রাধাবু রাধা হায়দনা সনাগী উরী অমস্তুং নোংথাং ওইনা হায়রি। কৃষ্ণবু অমস্তুং রাধাবু কবিনা পুক্লিংদদা থম্বনি চিন্না হায়দোকপদদি য়াওদে।

অভেদদা ভেদ ( তোঙান্নদববু তোঙান্নবনি হায়না লৌবা ) গী উদাহরণ (খ)

(১) মীৎয়ং থম্বাল মানবীও। তোপতোপ্পা ফজবনি নশক্রা।
নরাহৈনি তোপতোপ্পা থুম্নবা খোয়রুম মোমোন
খোইবাংবস্থু ॥

নায়িকা অতৈ অতৈগী ফজবা মশক থুমলবা মরাহৈ অমস্তুং খোযরুম মোমোন অদুগুম্বনি হন্দক্কী নায়িকা অসিগীসু। অদুবু কবিনা হায়বদি হে ঈবেম্মা! নংগী নশক্রা ফজবদি নরাহৈনা থুগদি অতৈ অতৈগীগা মান্নদে- পুংতোপ তোপ্পনি ( নঙগীনা পামহেন হেল্লি ) ॥

সম্বন্ধদা অসম্বন্ধগী উদাহরণ (গ)

নীংথিবী অসি শেম্ববু মঙান পুবা থানরা ?
শৃঙ্গাররসগী পোক্নফম কামদেবনা শেম্বরা ?
নত্রগ চৈত্র থানরা ? বেদদবু নৈনবা
মরম অতৈদদি পঙলবা ইন্দ্রিয় মচীঙ্গাক পামত্রবা
অহল ওইরবা ব্রহ্মানা অসুপ ফজবা শক'সিবু
শেমজবব্ ঙমলমগদরা ?

তাইবংপানববু শেম্বসি ব্রহ্মানি, উর্বশীস্ম তাইবংপানবগী মনু চনবনি। অতুনা তাইবং পানববু শেম্ব হায়বা থবক্তা ব্রহ্মাগা অরেপ্পা মরী সম্বন্ধ লৈবনি, অতুবু কবিনা অসিগুম্বা মরী অসিবুদি য়ানিংদ্রি।

অসম্বন্ধদা সম্বন্ধগী উদাহরণ—

(১) যদি স্যান্মণ্ডলে সক্তমিন্দোরিন্দীবরদ্বযম্।
তদোপমীযতে তস্যা বদনং চারুলোচনম॥

সাহিত্য দর্পণ।

অনুবাদ—থাগী মকোযদা কবিগুম্বা অশংবা থরো তানিদঃ
লৈরমলবদি মচাক্তী নীংথিবা মমীংনা ত্রিল্লবা
মাযথোং অদু থাজগা চাংদম্নবমগনিকে॥

(২) অঙৌবা থম্বাল লৈবা না অনৌবা উনাগী মথক্তা
নীংথিজববা মুক্তানা লৈবমলবদি পোহাল মথক্
তঙাং তঙাংবা চিনবান্দা মঙাল ঙৌনা শারবা
মোমান মীনাক্সী মাগী মতৌত্নম ন্মজ্বমগনি।

কুমার সম্ভব

শৈরেং অসিদা অঙৌবা থম্বাল লৈরাংগা অনৌবা উনাগ মুক্তাগা পোহালগা লৈবা হৌনদবা সম্বন্ধ (অসম্বন্ধ, বু থঙেন খঙনা কবিনা 'লৈরম্নবদি' হায়বা রাহৈ অসিনা চীংশিল্লতুনা সম্বন্ধবু থম্মি। অসিগুম্বা রাহাং অসিগা চুম্নগী রাঙাংগা কযামুক খেন্নবগে হাযবত্নু তবং তরংনা উৎলি।

### কার্য্য কারণ অনিগী মতম ওন্নবা

শানৌশিংগী পুক্ৰাংদা উংকপানা হানথ্রে ।
হৈনৌ বকুল অনিগী মপান শাংপনা কোনথ্রে ।

কার্য্য=কবিগুম্বা মবম থবদগী ওইরকপা থবক । কারণ=থবক্কী ওইবা যাবা মবম । শানৌশিংগী উংকণ্ঠা পোকপা থবক (কার্য্য) অমনি । মহাক্কী মবম (কারণ) না হৈনৌগী বকুলগী মপাল শাংপনি ।

কার্য্য অমসুং কারণ অনি অসি কারণনা হান্না লৈরগা কার্য্যনা তোন্না লৈরকপনি । লম থিংবা লংনা হান্না লৈগনি, মতুংদা কার্য্য লৈগনি । অদুবু কবিনদি কার্য্য ওইগদবা হৈনৌ বকুলগী মপান শজুনা কোল্লি, মখোয় অনিগী শাংলবা মপাল অদু উবগা শেইংদনা উংকণ্ঠা অদুন হানথ্রে হায়রি । অদুনা মসিদা কার্য্য-কারণ অনিগী মতম ওন্নবা হায়বা অতিশয়োক্তি ওইরে ।

## ১৪ । ব্যতিরেক

উপমেয়না উপমানদগী হেল্লি নত্রগা য়াংলি হায়না উংলবদি ব্যতিরেক অলঙ্কার কৌই । উপমেয়না হেনবগী নত্রগা য়াংপগী মরম কবিগুম্বদা উংপম্ব লৈ, কবিগুম্বদা উত্তবস্ত লৈ ।

### উপমেয়না উপমানদগী হেনবা

(১) মাযহিং পক্কপা মায়নি মাগী
মাযহিং পকপা থাগা মাল্লদে ॥

মফম অসিদা মাযবু "মাযহিং পক্কবা" হায়কবসিনা মাযনা হেল্লি অমসুং মাযহিং পকপা থানা য়াংলি হায়বসি মমৈদদি উংলি ।

মায়না হেনবা থানা ৱাৎপগী মরম ওইনা "মায়হিং পক্তবা" "মায়হিং পকপা" বিশেষণ অনিস্মু পীরি।

(২) মায়হিং পক্তবা মায়থোংনি মাগী
মাযহিং পকপা থাগুম্‌না নত্তে।

মফম অসিদা মায়থোংনা থাদগী হেনবগী অমস্যুং থানা মঙোন্দগী ৱাৎপগী মরম ওইনা "মাযহিং পক্তবা" 'মায়হিং পকপা" বিশেষণ অনি অসি 'মায়গী' অমস্যুং 'থা' গী ওইনা পীরি। মায়-থোংগা থাগা অনির্গা অমনা হেল্লি, অমনা ৱাৎলি হায়বসি ৱাহৈনা তৱং তৱংনা তাক্রবস্যু অর্থনদি খঙই।

(৩) কুন্দ লৈরাংবু নমথবা য়ানি,
শরৎকী থাজবু হমজবা মাযথোংনি।

মফম অসিদা উপমেয় 'য়া' অমস্যু 'মাযথোং' অনিন হেল্লি হায়বগী মরমদি তাক্তে। মান্নবা খঙনবা ৱাহৈস্যু যাওদে। অথন মরম ওইদুনা 'কুন্দ' অমস্যুং 'শরৎকী থাজদগী' 'য়া' অমস্যুং 'মায-থোং'না হেল্লি হাযবসিদি খঙই।

**উপমেয়না উপমানদগী হল্লবা**

তিঙ্গং যাঙ্গংবী তুরেননা নোংজুপাস্থ য়োরগ
মশা মথেন ফারকই, শানৌগী নৌরিবা পুল্লিদি
চৎথ্রবদি লাক্রোই হায়বসিদি খন্দনা
করিগী নাপল ত্তৌরিবা হে শানৌ অপঙবী।

মফম অসিদা উপমেয় ( শানৌ ) না উপমান ( তুরেন ) দগী হল্লরে। মাগী মরম্না ঈপাম্থা য়োরক্লগা তুরেনদি মশা মথেন ফারকই।

মোইগুম্বস্সুং মুপীগী পুন্সিদ যৌবন ( মথোক কারকপা মতম ) গী মতম অমুকপু চংশ্রবদি হল্লকপদি মবৈত্রে।

১৫। প্রতীপ।

উপমানবু উপমেয় ওইনা কল্পনা তৌবা নত্রগা উপমেয়গী থাইদোক হেন্দোকপা গুণনা উপমানবু কান্নদবা ওইনা খণ্ডনবা মতম অদুদা প্রতীপ অলঙ্কার কৌই।

(১) নংগী নমীৎকা মান্নবা থরো'শংবা অনিখক
ঈ'নুঙদা শাংলি ঈবেম্মা' নো'ন, খুমখ্রে থাবু
মাযথোংগা মান্নবা নংগী, নংগা শাজং মান্নবা
কাঙওশিংস্সু চংখ্রে অসিনচিংবা।

মফম অসিদা থবো অশংবগ মান্নব; মীৎ হায়গদববু কবিনা হায়দ্রতুনা মীৎকা মান্নববা থরে; অশংবা হাযরি। উপমান ওইগদবা থাব অশংববু উপমেয ওইনা অমস্সুং উপমেয় ওইগদবা মীৎপু উপমান ওইনা কল্পনা তৌরি।

(২) মায়থোংনা লৈরিঙৈদা নংগী শরৎকী থাজনা কৈদৌনি।
তথকপা নমীৎন লৈরিঙৈ থরে। অশংবনা করি কান্নে।

উদাহরণ অসিদা উপমেয ওইবা মায়থোং অমস্সুং তথকপা মীৎপু অস্নককা মতীক ফজন কবিনা বর্ণনা তৌরি। মদুদি— মথোয়দা লৈবা গুণ মক্কনা মথোযগী উপমান ওইরিবা শরৎকী থাজ অমস্সুং থরো অশংবা ফাওনবু কান্নদ্রবনি হায়রি।

(২) লজ্জা তিরশ্চাং যদি চেতসি
স্যাদসংশয়ং পর্ব্বতরাজপুত্র্যাঃ।

তং কেশপাশং প্রসমীক্ষ্য কুর্য়ুর্বাল
প্রিযত্বং শিথিলং চমর্য্যঃ ॥

কুমার সম্ভব।

## ১৬। বিরোধাভাস

পোংশক অনিখক চাণ্ডবাকপা মীৎয়েংদ, মহৈ মহৈ য়ানদবা (অপনবা) ওইনা উবা, ভৌইগুম্বসু' মন্নু' ছুক্লিন্না থিকুরগদি অপনবা মতৌ অত্নু লৈতবা মতম অত্নুদ, বিরোধাভাস অলঙ্কার ওইগনি।

অপাণিপাদো জবনো গ্রহীতা পশ্যত্যচক্ষুঃ স শৃণোত্যকর্ণঃ।

অনুবাদ—মখোঙ পান্দে চৎপা ওমই, মখুৎ পান্দ লৌবা ওমই,

মমীৎ পান্দে পুন্নমক উই, মনা পান্দে পুন্নমক তায।

মখোঙ মখুৎ মমীৎ মন পান্দনা চৎপ, লৌবা, উবা, তাব হায়বসি ভগবানদদি অপনবা কবিশু লৈতে।

## ১৭। বিভাবনা

কারণ মরম ) যাওদনা কার্য্য ( থবক ) পোক্লকপগী মমী' বিভাবনা কৌই। বিভাবনা অলঙ্কারদা মরম যাওদনা কন্নিগুম্ব' অমা পোক্লকপা হায়বসি মহৌশানা ওইব, যাদবনিনা প্রসিদ্ধ ওইবা মরম যাওদনা থবক ওইরকপা হায়না অথ ভৌগনি। অদুনা প্রসিদ্ধ ওইদবা মরম খবদি যাওগনি হায়বসি খঙই। অসিগুম্বা প্রসিদ্ধ ওইদবা মরম অত্নু ৱাইহৈগী মন্নুভদা হায়বস্তু লৈ, হায়দবস্তু লৈ। মরম অসিনা বিভাবনা হায়বসি মখল অনি ওই।

অপ্রসিদ্ধ ওইবা কারণ উৎপগী উদাহরণ —

নাওদা লৈবিবী শানৌগী চেংলি খ্বাঙ'সে শৃদনা

অকি অখং লৈতনা থক্লি মাং অনিনা ।

লৈতেং য়াওদনা ফজবি মশানা মথোক কারকপা মতমদা ॥

মতম অসিদা "মথোক কাবকপা মতম" অসিনা মরম ওইত্না খ্বাডনা চেংবা, মীৎনা থকপা, হকচাংনা ফজবা পুম্নমক অসি থোকখি। হায়বিবা মরম অসি অপ্রসিদ্ধ ওইবা মরমনি, প্রসিদ্ধ ওইবা মরমদি খ্বাডনা চেংবগী শৃন্দা নোম্বনি, মীৎনা থকপগী কিব খংবনি, মশানা ফজবগী লৈতেংবনি। অদু পুম্নমক ঈযাঙ যাওদনা মথোক কারকপা মতম" হায়বা অপ্রসিদ্ধ ওইবা মরম অসিমক্তনা চেংবা, থকপা, ফজবা হায়বসি থোকখিবনি।

অপ্রসিদ্ধ ওইব কাবণ উক্তবগী উদাহবণ—

(১) নোংদি মংদে ব্রজদি গারে খঙহৌদনা ইন্দ্র তুরে ।
মুংখ্রে থাংমৈ মঙ্গলগী লুংশিং শউম ফংদনা ॥

(২) মাডদা লৈরিনী শানৌগী শৃদনা চেংলবা মখ্বাংনা
কিদনা থল্লবা মমীৎনা লৈতেংদনা ফজবা মশানা
এগী ঈমাডদা ভাস্তোইবি ।

## ১৮। বিশেষোক্তি

ওইবা য়াবগী মরম লৈনা লৈন ওইফম থোকপা অদু ওইবক্ত-বদি বিশেষোক্তি কৌই। মসি মবম উৎপা অমস্থং উক্তবা অনিনি।

মরম উৎপগী উদাহরণ—

(১) ঈনাকস্থ মখুল্লি নাপন্দি তৌদে
পাখঙস্থ মফাবে ভাওবদি ভাওদে।

মপুম্ন মওইরে চোকপদি চোকশিল্লি
মতীক মগুন লৈবশিংন। তাইবং পানবসিদা ॥

মফম অসিদ। ঈনাক খুল্লবম্ নাপল তৌদবগী, পাখঙ ফারবম্ ঙাওদবগী, মপু ওইবম্ চোকশিনবগী মবম মতীক মগুন লৈব হায়বসি উংলি।

মরম উত্তবগী উদাহরণ

(১) ঈনাক খুল্লবম্ নাপল্দবা
পাখঙ ফারবম্ ঙাওদবা
মপু ওইরবম্ চোকশিনবা
কনা লৈবগে তাইবংদা ॥

মফম অসিদদি ইনাক খুল্লবম্ নাপন্দবগী, পাখঙ ফারবম্ ঙাওদবগী, মপু ওইরবম্ চোকশিনবগী মবম অমত্ত, যাওদ।

(২) কাম হায়বা মহাক মথন্দনা মরোল অভম্ ভঙ্গি।

মশাদি শিবনা তুম্লানখি মপাঙ্গলদি ঙমখিদে মাঙহনবা।

মফম অসিদা মশা তুমথ্রবমক্তদা মপাঙ্গল মাঙদবগী মবম উক্ত

## ১৯। অসঙ্গতি

কার্য্য অমসুং কারণ অনি অসি মফম তোঙান তোঙানদ লৈরবদি অসঙ্গতি অলঙ্কার কৌই। বিরোধ অলঙ্কারদ। মহৈ মহৈ বিরোধী ওইবা পোৎশক অনিনা লৈফম অমত্তদ। পুম্না লৈ।

(১) লৌ চাবনা শগোলনি চৈ চাবনা যণনি।

কারণনা শগোলদা লৈ অমসুং কার্য্যনা যণদা লৈ অতুন অনিগী লৈফম তোঙান তোঙান্নে।

(২) কৃষ্ণনা অহাওবা চারগা পেনবন যশোদানা পেনখি। পেন্নবা ( থন্নবা ) গী মবম চাবনি মতু কৃষ্ণদা লৈ। অতুবু কৃষ্ণনদি পেনদ্রত্নুনা মমা যশোদানা পেনখি। "পেনবা" কার্য্যনি, মসি যশোদাদা লৈরবনিনা কার্য্য কাবণ অনিগী লৈফম তিন্নদ্রে।

## ২০। বিষম

(ক) কার্য্য অমসুং কারণগী খেন্নবতু থোক্লবদি মতুবু বিষম অলঙ্কার কৌই।

(খ) কাবণ অতুদগী ওইবা যাই হাযনা থনবা অতুদি ওইদ্রত্নুনা খন্দনা অমা ওইবক্লবদি বিষম অলঙ্কার কৌই।

(গ) মফম অমত্তুদা ওন্নতৈনবা পোৎ অনিগী থৌদোক অনি অতু মতম অমত্তুদা পুল্লবা মতম অতুদা বিষম অলঙ্কাব কৌই।

(১) কবম্ব পুংফনদবুনে চংলুপনো যমুনাদা
অভকপা অমুব, শক্তম অমথক উরকই ঐনা,
যমুনাগী তোর্ব্বান অনিমক পুমভান ওইন ভানখি।

কৃষ্ণগী হকচাংগী অমুবা কুচদগী অভানবা হাযবসি থোকই হায়রি। মফম অসিদ কারণ অমসুং কার্য্যগী বৈষম্য ( খেন্নবা ) থোক্লে।

(২) রত্নগী পোক্লকফম্নি সমুদ্র, ফংনিংত্নুনা মতুবু
সমুদ্র মপান্দা চংচকই, রত্ন ফংবদি লায়রত্নুনা
মাযস্থ মীংস্থ থুমহিনা পুমথন ওইনা থনখি।

(৩) প্রলয়গী মতমদা সমুদ্রদা চেপ্লিবা,
মাগী গর্ভ মন্থুঙদা মরোল অহুম লৈখিবা

অত্থুগুম্বা কৃষ্ণদো লৈম অমত্তনা লৈমকোনগী
কামগী বিকায়না লৈরবা মীৎকী মীৎমৈ অমত্তনা
হকচাং শীন্না উথি।

উদাহরণ অসি মরোল অহুম্বু মপুরক্‌ংদা হাপ্পা শ্রীকৃষ্ণ য়াম্না চাউবা পোৎশক্কি। লৈমকোনগী লৈমগী মীৎকী মীৎচি অসিদি যাম্না পীকপা পোৎশক্কি। অনি অসি ওন্নতৈনরবা পোৎ ঙাক্কি। অচৌবা পোৎ অত্থুবু পীকপ্রবা ( মপা চানদবা ) পোৎনা যেংবা অমস্তুং উবস্তু য়ারোইদবনি অত্থুবু কবিনদি যেঙ্খি অমস্তুং উখিস্তু হায়বি। যেংলিবনা মীৎনি, উরিবনা কৃষ্ণনি।

## ২১। কারণ মালা

করিগুম্বা মবম অমদগী থোকখিবা পোৎশক্কা মতুংদা লাকপা পোৎশক অমগী মবম ওইববদি কাবণ মালা অলঙ্কার কৌই।

(১) পাপ্পদগী পাপ–পোকই পাপ ঙগী ফংই অশিবা।
অত্থুনা মী পুন্নমক্কা ফাগদবনি অপাম্বা॥

(২) তিন্নবদগী পামলকই পাম্নুবদগী শাউবকই।
শাউবদগী মমলকই ··অসিনচিংবা।

## ২২। একাবলি

মথা মথাদা হায়রকপা বিশেষ্য পদনা মথক মথক্কা হায়খিবা পদগী বিশেষণ ওইরবা নত্রগা মথক মথক্ক হায়রিবা বিশেষ্য পদনা মথা মথাদা হায়রকপা পদগী বিশেষণ ওইরবদি একাবলি অলঙ্কাব কৌই।

(১) শরৎ ঋতু য়ৌরক্লে পুত্রীদা থম্বাল শাংলক্লে ।
থম্বালস্থ খোইমু ইল্লক্লে খোইমুস্থ শৈশকপা হৌরক্লে ।
শৈশক পুন্নমক্লস্থ মখোযগী অপাম রাখল পীরক্লে ॥

মফম অসিদা মখা মখাদা হাযব্রিবা থম্বাল- খোইমু, শৈশক বিশেষ্য পদশিং অসি মথক থংবা পুখ্রি, থম্বাল অমস্থং খোইমুগী মথং মনাও নাইনা বিশেষণ ওইরি । অসিগুম্ন মখা থংব অপাম রাখল পীবা হাযব, পদ অসিনা মথক থংব। শৈশক হাযবা পদ অসিগী বিশেষণ ওইরি ।

(২) পুখ্রি পুন্নমক হক তকই পুত্রীদ, শাংলি থম্বালনা ।
তোংলি থম্বালদ খোইমুনা হংলি খোইমুনা ফজনা ॥

মফম অসিদ 'পুখ্রীদ থম্বাল'গী 'থম্বালন, খোইমু'গী খোইমুনা ডংবগী, বিশেষণ ওইরি ।

(৩) মরোল অহুম্ব শুদ্ধংলি কামনা, কামবু শুদ্ধংলি কৃষ্ণনা ।
কৃষ্ণগী নামবু শোঞ্জবা মীদি চংতে যমগী লৈপাক্তা ॥

মফম অসিদস্থ মথক্তা লৈবিবা "কাম" হাযবা বিশেষ্য পদ অসিনা মখাদা লাক্লিবা "কৃষ্ণ"গী বিশেষণ ওইবি । করম্বা কৃষ্ণনো ? কামবু শুদ্ধংপ, কৃষ্ণ ।

(৪) অতুগুম্বা ঈশিং লৈরমদে ফজবা থম্বাল শাত্তবা,
অতুগুম্ব থম্বালস্থ শাংলমদে মঙোন্দা খোইমু তোংদবা ।
অতুগুম্বা খোয়মুস্থ ওইরমদে মানা হুংশিনা ডংদবা,
অতুগুম্বা মঙংস্ত নংখিদে মীগী পুক্লিং হুদব; ॥

মফম অসিদ, মখাদা লৈব্রিবা বিশেষ্য থম্বাল, খোইমু অমস্থং

ঙংবনা মথং মনাও নাইনা মথক থংবা ঈশিং থম্বাল অমস্নুং খোইমুগী বিশেষণগী মশক ওইরি ।

## ২৩। সার

মমৈ মমৈদা পোৎকী মচং খঙ্‌গৎলকপর্‌ "সার" অলঙ্কার কৌই ।

(১) জীবখিবিকী মনুংদ,—মীওইবনা অথোইবনি
মী পুম্নমক্কী মনুঙদা জ্ঞান লৈবনা হেনবনি ।
জ্ঞান লৈবশিংগী মনুঙদস্লু লমচৎ নাইবন। থোইদোকই ।

(২) ঈশিং কংফালগী মনুঙদ কংফালনা থোইদোকই ।
কংফালদগীস্লু কোন্নুংনা কোন্নুংদগীস্লু সঙ্গায়না
সঙ্গায়দগীস্লু ফজবা ফম্নংন অথোইবনি হায়নিংঙিও ॥

সাহিত্য দর্পণগী পান্দা অমগী অনুবাদ ।

## ২৪। কাব্য লিঙ্গ

করিগুম্বা রাহৈ পবে' নত্রগা রাহৈ অমগী অর্থবু, বর্ণন তৌগ-দৌরিবা হীবম অমগী মবম ওইন। উৎলবদি বাব্যলিঙ্গ অলঙ্কাব কৌই । মরম ওইনা উৎপা হায়বসি ব্যঞ্জনা বৃত্তিনা* থোঙ ওইদুনা উৎকদবনি । ঈতিং তিংন, উৎলবদি অলঙ্কাব অসি ওইবোই ।

(১) নংগী নমীৎকা মান্নবা অশংবা থবো লুপাশ্রু ঈনুঙদা
নমায় মানবা থাজস্লু লোৎশ্রে নোংগী মবক্রা
নংগা শাজৎ মান্নবা কাওঙস্লু চৎশ্রে লাপ্পা
নংগা মান্নবা পোৎশকপু উজবগী নুংঙাইবা
বিধিনা পীখিদ্রে এঙোন্দা ।

---

*ব্যঞ্জনা বৃত্তি ঃ—শব্দ অমদগী অর্থ থংলকুবগী মরম ওইবা পোৎশব অহুমগুবা ।

## ২৫। অর্থাপত্তি

দণ্ডাপূপিকা ন্যায়গী মতুং ইন্না অতোপ্পা অর্থ অমা খঙলকপা অর্থাপত্তি অলঙ্কার কৌই।

দণ্ডাপূপিকা— চৈ অমগী মথক্তা করিগুম্বা পাত্র অমদা ল্ল খরা থমলম্মি। চৈ অদু উচিনা চিক্লে হাযনা উরে, অদুগা তলশিং অদুস্মু লৈরমত্রে খঙলে। তল অদু কনানা চাখিবনো হায়রগী চৈ চিক্লম্বা উচি অদুনা চাখিবনি। করিনা? লৈমিন্নবা তলগা চৈগনি। তলদগী হেন্না কনবা চৈবু চিক্লমলবদা ঈরায় লাংলা চাথোকপা য়াবা তলবু উচি মানা চাবোইদবগী মরম লৌ অসিগুম্ব যুক্তি অসিবু দণ্ডাপূপিকা ন্যায় কৌই। উচিনা চৈ চিক্ল খঙবদগী তলস্মু মানা চাখ্রে হায়না খঙবা, অসিগুম্বা অর্থ অমগী অতোপ্পা অর্থ অমা খঙলক্লবদি অথাপত্তি অলঙ্কার কৌই।

(১) লীক্লাং পরেঙনা ওল্লি শানৌশিংগী থবাক্তা
অপাম্বা লৈতবা মখোয়না ফিবমসি যৌববদা
অপাম্বগী মখা পোল্লিবা এখোযদি কমদৌবা?

## ২৬। অপ্রস্তুত প্রশংসা

মতাঙ অদুগী ওইনা বর্ণনা তৌফমদি থোক্লবদস্মু কবিশিং বর্ণনাদি তৌগ্রবা রাহৈদগী মতাং অদুগী ওইনা বর্ণনা তৌকপ থোকপ পোৎশক অদু খঙলবদি অপ্রস্তুত প্রশংসা কৌই।

কবিনা মাগী লোয়নজবকপা হৈশিংবা মশুণনা মতাঙ অদুগ চানদবা বিষয অমা বর্ণনা তৌখিবা অদুনা মরম ওইদুনা মতাঙ অদুগ

নরবা বিষয অমা ব্যঞ্জন। বৃত্তিগী মতেংনা খণ্ডলক্লবদি মতম
তুনি অলঙ্কার অসি ওইগদবা ।

অলঙ্কার অসিগী মখল মণ্ডানি –

(ক) অপ্রস্তুত সামান্যদগী বিশেষ প্রস্তুত খণ্ডবা।

প্রস্তুত= মতাং অহুগী ওইফম থোকপা ।

অপ্রস্তুত=মতাং অহুগী ওইফম থোক্লবা ।

(খ) অপ্রস্তুত বিশেষদগী সামান্য প্রস্তুত খণ্ডবা।

(গ) অপ্রস্তুত কার্য্যদগী প্রস্তুত কারণ খণ্ডবা।

(ঘ) অপ্রস্তুত কারণদগী প্রস্তুত কার্য্য খণ্ডবা।

ঙ) অপ্রস্তুত ওইব মান্নবদগী প্রস্তুত ওইবা মান্নবা খণ্ডবা।

## উদাহরণ

(ক) অপ্রস্তুত সামান্যদগী প্রস্তুত বিশেষ খণ্ডবা—

পাদাহতং যদুত্থায় মূর্দ্ধানমধিরোহতি।

স্বস্থাদেবাপমানেহপি দেহিনস্তদ্বরং রজঃ॥

শিশুপালবধ মহাকাব্য।

অনুবাদ—খোঙনা নেংপা উফুলনা অনেংপগী মকোক কারকই।

চোপ্লবদস্ম করিস্ম হোৎনদনা লৈথোকপা

মীশক অহুদগীদি উফুল অহুনা হেন্ন, ফৈ ।

"শিশুপালনা ঈকাযবা পীরবা যাদবশিংনা হৌজিক ফাওবা
অহু কোক্লনবা করিগুম্বা থৌরাং অমতা তৌদ্রি" হায়বসিগী মরমদ
চাযবকপা বলদেবগী রাহৈনি। মরম অসিনা মশক মমীং পানবা
( বিশেষ ) যাদবশিংনা মতাং অসিগী বিষয় ( প্রস্তুত ) নি। চুম্নগী

মী পুন্নমক্কা (সামান্য) দি মতা জসিগী বিষয় নত্তে (অপ্রস্তুত অহুব বলদেবগী রাহৈ অসিদদি চোপ্পবদম্ব করিম্ব হোৎনদনা লৈথোকপা মীশিং অহুদগীদি উফুল অহুনা হেন্না ফৈ হায়রি। হয়রিবা রাহৈ অসিনা অথন্নবা যাদবশিংব খণ্ডলি। মবম অসিনা অপ্রস্তুত সামান্যদগী প্রস্তুত বিশেষ খণ্ডবা অপ্রস্তুত প্রশংসানি

(খ) অপ্রস্তুত বিশেষদগী প্রস্তুত সামান্য খণ্ডবা—

স্রগিয়ং যদি জীবিতাপহা হৃদয়ে কিং নিহিতা ন হন্তি মাং।
বিষমপ্যমৃতং ক্বচিদ্ ভবেদমৃতং বা বিষমীশ্বরেচ্ছয়া।

রঘুবংশ ৮ম সং

অনুবাদ—লৈবাং পরেং অসিন মীগী হৃরায় লোৱবদি
উগী থম্মোয়দা হাপ্লে কবিগী নৌদ্রংগী থরায়
ঈশ্বরগী ইচ্ছানা অমৃত ওই তুনস্তু, খঙলে তু ওই অমৃতন্

ইন্দুমতীনু অজন লুহোংগা কোন্নং শান্ন পুরকপা মতম লমথাংদা নোংথংগী লৈরাং পারেং অমা ইন্দুমতীগ কোকদা তাবক্রুদ খণ্ডহৌদনা ইন্দুমতী থরায় মাংলে। মতম অহুদা অজ মহারাজ অজ (দশরথকু পোকপা) না লৈবাং পরেং অহু পায়রদা হায়খিবা রাহৈনি।

মথক্তা পীরিবা উদাহরণ অসিদা 'অজ'গী রাহৈ ওইনা হায়রক থোকপদি "ঈশ্বরগী ইচ্ছাগী তেংবদি কান্নবা বয়াম্ব কান্নবা ওই, কান্নদবা কয়াম্ব কান্নবা ওই" অসুমনা ঈচম চম্না হায়রম থোকপা (প্রস্তুত) নি। অহুবু কবি কালিদাসনদি 'তুনস্ব অমৃত ওই অমৃতনস্ব তু ওই" হায়না বিশেষ (অথন্নবা) ওইনা হায়বি। অদুনা

বর্ণনাগী মরম ওইদবা ( অপ্রস্তুত ) অমস্তুং অথন্নবস্তু ওইব। (বিশেষ) থোক্লে। মরম অসিনা অপ্রস্তুত বিশেষ ওইবা য়াহৈ অসিনা "ঈশ্বরগী ইচ্ছাবু লৈরবদি কান্নবা কয়াস্তু কান্নদব; ওই কান্নদবা কয়ানস্তু কান্নবা ওই' হায়রব। ঈচম চম্বা ( সমান্য ) ওইনা হায়ফম থোকপা ( প্রস্তুত ) সামান্য অসি খঙলে। অদুনা অপ্রস্তুত বিশেষদগী প্রস্তুত সামান্য খঙবা অপ্রস্তুত প্রশংসানি।

(গ) অপ্রস্তুত কার্য্যদগী প্রস্তুত কারণ খঙব—

(১) শানৌশিংগী মমাঙদা থুপখি থানা নোংলক্তা।
মমীংস্তু শজি অমোমগী উইশিনবগুমখি ঈকায়বনা॥

উদাহরণ অসিদা হায়নিংবদি শানৌশিংগী ফজবা শকফম অদুনি ( প্রস্তুত )। থানা নোংলক্তা থুপখিব, শজিনা মমীং উইশিন-খিবা অসিদি কবিগী অপাম্বা নত্তে ( অপ্রস্তুত )। অদুবু অপ্রস্তুত ওইবা কার্য্যদগী প্রস্তুত ওইবা কারণদি খঙলে। হায়বদি কবিনা বর্ণনা তৌনিংদবা থানা লোংপা, শজিনা মমীং উইশিনবা অসিগুম্বা থবকশিং ( কার্য্য ) অসিদগী শানৌশিংগী ফজবা শকফম কবিনা বর্ণনা তৌনিংবা ( প্রস্তুত ) মরম ( কারণ ) অদু খঙলে। থানা লোংপা, শজিনা মমীং উইশিনবা কার্য্য ( থবক ) অসিগী কারণ ( মরম ) শানৌশিংগী ফজবা শকফমনি।

(২) মীংকী কাজল মায়দা পক্লে,
মুরে মূবগী মথক্তা।
উরে য়াহৌরকপদা মায়থোং'সে অয়ুক্তা
ঙসিগী মুমিং'সে ওইগনি অফবা॥

চীনবানগী পাননা খজাইদা পক্রে
পাওবা ঙমদ্রে মীৎনা তুম্লিংবগী মযাইনা।
ঐডোন্দ্র য়েংলকউ ওনশিল্লত্তুনা লেপ্প,
ঈমীৎ থীৎনা য়েঙ্গে।
খোইখোইবা শমলাংগী লেক লেকপা চূডান'
করিগী লৈরিবা পুক্তা।
সিন্দুরগী দাগনা হকচাং লোইনা শিল্লে
ঐখোয় ওইরবদি শীর'নি ঈকাযবনা।

চণ্ডীদাস পদাবলীগী অনুবাদ

মফম অসিদস্থ অপ্রস্তুত (কবিনা হায়নিংবা নত্তবা) কার্য (থবক) দা প্রস্তুত (কবিনা হাযনিংলিবা) কাবণ (মবম) খঙলি। কারণ—চন্দ্রাগী কুঞ্জদা শ্রীকৃষ্ণনা তাহিং লেল্লুবা। রাহৈনা শ্রীমতী রাধাগীনি।

(ঘ) অপ্রস্তুত কাবণদগী প্রস্তুত কার্য্য খঙবা—

(১) চৎনবা বিদায় লৌরুবদা স্বব ফুইনা হোন্দুনা
মীৎচিদা পিরাং চেন্দুনা ঐ পাংনা যেংতুনা
হায়খি মান। লুনা য়োকচবা শক্তি মচাদা
ঙসিদগী হৌতুনা ঐগী ঈতা অসিদা
নমানি হায়না খলহৌবো।

মীরৈবাক লান্দুনা চৎনবা থৌরাং তৌরগা কবিগী চত্রবগে হায়না হংলিবা মরুপ অমগী মফমদা মরূপ অমনা হায়খিবা রাহৈনি। রাহৈ অসিদগী কবিনা মন্নুঙদা খঙহল্লিংলিবদি "মীরৈবাক লান্দন য়ুমদা লৈবা তাই" হায়বসিনি। অচুদা মহাক অসি প্রস্তুতনি।

অসিগুম্বা প্রস্তুত অসিদদি তুমিন্না লৈথোক্লগা। অপ্রস্তুত ওইবা কারণগী ৱাহ্মম কবিনা হাযবম্মী—"ঙসিদগী হৌহুনা ঐগী ঈতা অসিদা নমানি হায়না খঙহৌরে।"। ৱাহৈ পরেং অসিগী তাৎপর্য্য (মন্নুঙ চনবা অর্থ) দি নায়ক অসিনা মীরৈবাক লানখিবগা নায়িকাগী মৃত্যু ওইগনি।

(ঙ) অপ্রস্তুত মান্নবদগী প্রস্তুত মান্নবা খঙবা—

তরক তরক মথন্দা লৈবি লমখুন্নুমচানা
খুন্নুঞ্ংগী মপৈনা চাগদবগী খিরি লাম্বনা
অহাঙবনি নোংমদোনস্থ কনবিগদমঙাযরে বিধিনা॥

য়েক্লবশিংনা কোয়শিল্লবা উপায় লৈজদ্রবা রাজকুমার অমবু উরগা মথরায শোক্লবা নিপা অমনা হাযখিবা ৱানি।

উদাহরণ অসিদা কবিনা হাযনিংলিবদি—"উপায় লৈজদ্রবা রাজকুমার অমবু যেক্লবশিংন: কোয়শিল্লক্লে" অসিনি, অহুনা মসি প্রস্তুতনি। "লমখুন্নু মচা অমবু খুন্নুঞ্ংগী মপৈনা চাগদবগী খিরি" হায়বসি নত্তে, অহুন, মসি অপ্রস্তুতনি। অহুবু কবিনা ফজবা মৱোঙ অমা উংনবগীদমক হায়ফম থোকপদি হায়দ্রহুনা হাযফম থোক্লবহুম হাযবি। হায়বিবা ৱাহৈ অসিদা লমখুন্নু মচাগা রাজকুমারগা, খুন্নুখ্ংগী মপৈগা যেক্লবশিংগা মান্নে হাযবা খঙহল্লি মখোয় অনিগী মান্নরিবা মৱোঙদি সহায় লৈজদ্রবা লমখুন্নু মচা অমবু লামলবা খুন্নুঞ্ংগ মপৈনা আক্রমণ তৌরবা মতম অহুদা লমখুন্নু মচা অহুনা ৱাবা, সহায় লৈজদ্রবা রাজকুমার অহুবু য়েক্লবগী কাওলুপ্না আক্রমণ তৌরবা মতম অহুদা রাজকুমার অহুনা ৱাবা অসিনি।

অপ্রস্তুত প্রশংসাগী মথক্তা পীখ্রিবা উদাহরণ মখল মগা অসি নত্তবা মখল অনিমস্থ লৈরি। মহুদি প্রস্তুত অমস্থং অপ্রস্তুতগী ধর্ম্ম তিন্নবা অমস্থং ধর্ম্ম তিন্নদবা। প্রস্তুত অমস্থং অপ্রস্তুতগী ধর্ম্ম তিন্নবগী উদাহরণদি মথক্তা উৎখ্রিবা (ঙ) গী উদাহরণ অসিনা ওইবস্থ য়াই।

প্রস্তুত অমস্থং অপ্রস্তুতগী ধর্ম্ম তিন্নদবগী উদাহরণ—

"সখিমুরলিবিশালচ্ছিদ্রজালেন পূর্ণা
লঘুরতিকঠিনা ত্বং নীরসা গ্রন্থিলাসি।
তদপি ভজসি শশ্বচ্চুম্বনানন্দসান্দ্রং
হরিকরপরিরম্ভং কেন পুণ্যোদয়েন॥"

মসি শ্রীরূপ গোস্বামীগী বিদগ্ধমাধব নাটকগী মরীশুবা অঙ্কদা চন্দ্রাবলীনা শ্রীকৃষ্ণগী মুরলী য়েংহুনা হায়বনি। অর্থদি—

হে ঈতা মুরলি। নঙ অসি অহোবা
অয়াংবা অমস্থং অকনবা রস লৈত্তবনি অমদি
মতাঙ মতাঙ নাইবনি অহুবু নঙনা করম্বা
পুণ্যগী মপান্না এগী ইবুংঙো কৃষ্ণনা
চুম্বগী নুঙড়াইবা অমস্থং খুৎ থেংনববু
ফংজখ্রিবনোকো ?

## ২৭। অর্থান্তরন্যাস

মথক্তা হায়খিবা রাহৈ অমবু মখাদা হায়রকপা রাহৈনা সমর্থন (Support) তৌরবদি মহুবু অর্থান্তরন্যাস অলঙ্কার কৌই। মসি মখল মরী শুই। মহুদি—

(ক) সামান্যনা বিশেষবু সমর্থন তৌবা। সামান্য ওইবা

হায়বদি মশক মমীং পন্দুনা অকরুবা ওইনা তাক্তবা রাহৈ অতুনা মখাদা হায়রগা, বিশেষ ওইবা ( অকরুবা ) রাহৈ মথক থংববু সমর্থন তৌবা হায়বা মখল অমা।

(খ) বিশেষনা সামান্যবু সমর্থন তৌব।—মখা থংবা বিশেষ ওইবা রাহৈনা, মথক থংবা সামান্য ওইবা রাহৈবু সমর্থন তৌবা হায়বা মখল অমা ।

(গ) কার্য্য ( করিগুম্বা মরম অমদগী ওইরকপা পোৎ ) বু ভাকপা রাহৈনা মখঃ থংলগা কারণ ( মরম খঙনব ) গী মশক ভাকপা রাহৈবু সমর্থন তৌবা হায়বা মখল অমা ।

(ঘ) কারণগী মশক ভাকপা রাহৈনা মখাদা থংলগা কার্য্যগী মশক ভাকপ মথক থংবা রাহৈবু সমর্থন তৌবা হায়বা অমা।

অসিদস্থ নক্তনা মথক্কী রাহৈ, মখাগী রাহৈ অনি অসি ধর্ম্ম মান্নবা ( মরোঙ ভিন্নবা ) অমম্মুং ধর্ম্ম মান্নদবগী মশক্তা ওইবস্থ য়াই।

নৈনবা ঃ—অলঙ্কার অসিদা মথক থংবা রাহৈবু মখা থংবা রাহৈনা সমর্থন ( Support ) তৌবা হায়বদি "মরমনি" হায়বন-চিংবা রাহৈনা ভাকপা নত্তে, রাখলতনা খঙ্গদবনি। মরম অসিনা 'সমর্থন, ( Support ) অসি বাচ্য নত্তে (শব্দগী শক্তিনা ফংবা নত্তে ), ব্যঙ্গ্য ( Implied ) নি।

মথক থংবা রাহৈবু সংস্কৃত লোন্দা সমর্থ্য
মখা থংবা রাহৈবু " " সমর্থক কৌই।

সমর্থ্যনা প্রকৃত নত্রগা প্রস্তুতনি। সমর্থকনা অপ্রকৃত নত্রগা অপ্রস্তুতনি। সামান্য বিশেষ, কার্য্য কারণ অমম্মুং সাধর্ম্ম্য বৈধর্ম্ম্যাদি

অপ্রস্তুত প্রশংসাদস্থ লৈরি অত্থু ওইত্থুনস্থু য়েৎননবগী মরমদি করিস্থ লৈতে। অপ্রস্তুত প্রশংসাদদি সমর্থন হাযবা করিস্থু লৈতে অমস্থুং অপ্রস্তুত ( কবিনা থাঙ্গৈশেংনা হায়নিংবা নত্তবা রাহৈ ) অত্থুদগী প্রস্তুত ( কবিনা হাযনিংক্ষম থোকপ ) অমা খঙবনিনা মঙোন্দ প্রস্তুতবু করিগুম্বা রাহৈনা তাকপা ( অপ্রস্তুত প্রশংসা ) লৈতে। অর্থান্তরন্যাস অসিদদি প্রস্তুত অমস্থুং অপ্রস্তুত অনিমক রাহৈনা তাকপা ঙাক্তনি।

দৃষ্টান্ত অমস্থুং অর্থান্তরন্যাসগী খেন্নবদি মশানা তোপ তোপ্ন তাত্থুনা লৈরি। য়েৎননিঙাই করিস্থ লৈতে। করিনা ? অর্থান্তরন্যাস অলঙ্কারদা মথক থংবা অমস্থুং মখা থংবা রাহৈ অনিদা লৈবিং সম্বন্ধ ( মরী ) দি সমর্থ্য সমর্থক্তা সম্বন্ধনি, হায়বদি মথক থংব রাহৈনা তাক্লিবা মরম অত্থুবু মখা থংবা রাহৈনা অস্থুকস্থ চেৎশিন-হনবগী মশক্ত ওইনা হায়বনি। দৃষ্টান্তদদি উপমান অমস্থুং উপমেযগী সম্বন্ধনি, অত্থুগা মথক মখাগী রাহৈ অনিদা কার্যাকাবণ অমস্থ সামান্য-বিশেষগী মরোঙ অত্থু লোতে।

(ক) সামান্যনা বিশেষবু সমর্থন তৌবা—

(১) গরুড়গী মমীং পনবদা কোযন। চেল্লম্বা লিন্না
শিবগী ঙকশমদা লৈরগা গরুড়দা ধমকা তৌরকই।
অফবা মফমদা লৈরবদা কনানা কনাবু কিনদে॥

(২) 'মুরলী সরল হয়ে বাঁকায় মুখেতে রয়ে
শিখিয়াছে বাঁকার স্বভাব।
দ্বিজ চণ্ডীদাসে কয় সঙ্গদোষে কিনা হয়॥

অনুবাদ—অতিংবা মুরলীনা অখোযবা মচীন্দা লৈরুবনা
তমজগ্রে অখোযবগী স্বভাব।
দ্বিজ চণ্ডীদাসনা হায়জে সঙ্গগী দোষনা ওইদবা
করি লৈবগে তাইবংদা ॥

মফম অসিদা "অতিংবা মুরলীনা অখোয়বা (শ্রীকৃষ্ণগী) চীনগা শন্নরুবদগী অখোয়বগী স্বভাব তমখি" হাযবা ৱাহৈ মথক থংলিবসি বিশেষ ওইবা (অপান্ননা নত্রগা অখন্ননা তাকপা) ৱাহৈনি। মসিবু মথা থংবা সামান্য ওইবা (পুন্নমক্তা পানবা ইয়া যাবা) "সঙ্গগী দোষনা ওইদবা করি লৈবগে তাইবংদা" হাযবা ৱাহৈ অসিনা সমর্থন তৌরি।

(খ) বিশেষনা সামান্যবু সমর্থন তৌবা—

(১) নুভঙাই য়াইফবা মীশিংনা লাইব অনং কয়াগী
অৱাববু খঙবা হৌনদে কৈদৌঙৈ।
লিন্না চীক্লিবা মীতুনা হুগী মগুণ খঙদবনি ॥

মফম অসিদা "নুভঙাই য়াইফবা মীশিংনা লাইব অনং কয়াগী অৱাববু খঙবা হৌনদে কৈদৌঙৈ" হাযবা সামান্য ওইবা মথক থংবা ৱাহৈ অসিবু মথা থংবা "লীন্না চীক্লিবা মীতুনা হুগী মগুণ খঙদবনি" হায়বা বিশেষ ওইবা (অপান্নন তাকপা) ৱাহৈ অসিনা সমর্থন তৌরি।

(২) হোৎনফম থোকপত্‌ হোৎনহৌ ফংজফম থোকপত্‌ ফংগনি,
কনা ফতুনা পোক্লকই হোৎনজমন্না ফখিবা ভাক্লি।
ফেঙতুনা মথৌ হাপ্পবা থাঙনা যাল্লগা তুপ্পনি ॥

মফম অসিদা বিশেষ="ফেঙতুনা মথৌ হাপ্পব থাঙনা য়াল্লগা

তুম্লনি” হায়বা অসিনা সামান্য=মথক্কী রাহৈ পরেং “হোৎনফম থোকপত্নু হোৎনহৌ ফংজফম থোকপত্নু ফংগনি, কনা ফত্নন পোক্লকই হোৎনজমন্না ফখিবা ঙাক্লি” হাযবা অসিবু সমর্থন তৌরি।

(গ) কাবণনা কার্য্যবু সমর্থন তৌবা—

(১) হে পৃথিবী। লেংগনু—অনন্ত। নহাকসু
কুর্ম্মরাজ! নহাকসু অনিসিবু পুগদবনি।
মায়কৈ ঙাকপা শামুশা। নখোয়না পুগদবনি অহুম’সে
রামচন্দ্রনা শিবগী লীরুং লীরি চল্লক্লে॥

লক্ষ্মণনা হায়রকপা রাহৈনি—পৃথিবী, অনন্ত, কুর্ম্মরাজ, মায়কৈ ঙাকপা শামুদা চোকশিন চোকশিন্ন লৈযু হাযকবগী মরম শ্রীরামচন্দ্রনা শিবগী লীকং লীরি চল্লক্লে অসিনি।

(ঘ) কার্য্যনা কারণবু সমর্থন তৌবা—

(১) সহসা বিদধীত ন ক্রিয়ামবিবেকঃ পরমাপদাং পদম্।
বৃণতে হি বিমৃশ্যকারিণং গুণলুব্ধাঃ স্বয়মেব সম্পদঃ।
কিরাতার্জ্জুন

অনুবাদ—রাখল তৌদনা তৌফদে থবক,
রাখল তৌদবা অরাবগী থোইদোকপা মরম্নি।
মগুণদ ময়েংবী সম্পৎনা তুঙজরৈ রাখল তৌবদা।

রাখল তৌবগা থবক তৌবা মীদা সম্পৎনা তুঙজরৈ হায়বসি ঐখোয় পুন্নমক্না উরি। মসিগী কার্য্যকারণ (করিদগী কবি ওইবা) থিরবদি—

রাখল তৌনা থবক তৌবা=কারণ
সম্পৎনা তুঙলবা=কার্য্য।

রাখল তৌদনা থবক তৌফদে "রাখল তৌরগা থবক তৌগনি" হায়বা কারণ অসিবু "মগুণদময়েংবী সম্পৎনা তুঙজরৈ রাখল তৌবদা" হায়বা কার্য্য অনিনা সমর্থন তৌরি।

## ২৮। ব্যাজস্তুতি

নিন্দা ( ফত্তবা রাহৈ ) না স্তুতি ( লৈশি লৈথোনবা ) নত্রগা স্তুতিনা নিন্দাদা তাবা মতম অদুদা ব্যাজস্তুতি অলঙ্কার কৌই।

লৈনবা:—অলঙ্কার অসিদা কবিগী বর্ণনা অদু উরগা অমস্তুং তারগা অহানবদা হেক ফংবা অর্থগী মতুঙ ইন্না নিন্দা তৌবনি নত্রগা স্তুতি তৌবনি হায়না খঙনগনি, তৌইগুম্বসুং অকুপ্পা রাখল্লা নিন্দা অদুদগী স্তুতিদা তাবকনি নত্রগা স্তুতি অদুদগী নিন্দাদা তারকনি। অশপ্পা বাবু—নিন্দা তৌবা শাদুনা স্তুতি তৌবা অদুগা স্তুতি তৌবা শাদুনা নিন্দা তৌবা অদুবু ব্যাজস্তুতি অলঙ্কার কৌই।

নিন্দাদগী স্তুতিদা তাবা—

(১) হে নিংথৌরেল নহাক্না শাওবদদা য়েক্রবগী
নুপীশিং অদুনা কীবনা তুজুং মাঙ্খি,
মশাদগী লৈতেং থাদোকখি
মাঙজৌননা লুপ্রা ওইথোকখি।

মফম অসিদা অহানবদা হেক তাবদা লাপ্পদবী নুপীদা অরাবা পীবদগী নিংথৌগী নিন্দা ওইনা থোকই, অদুবু মুন্না খল্লরবদি নিংথৌ অদুগী অচৌবা মতীক মগুণ অদু বর্ণন তৌবনিনা স্তুতি ওইনা থোকই।

স্তুতিদগী নিন্দাদা তাবা—

(১) রঘুশাগেগী লৈতেংও। মতীক চাবনি থবক'সে,

যুগ খুদিংদা মরূপপু কনবা-ব্রত ঙাক্লি নঙনা।
লাঞ্জদবা ঐবু হাৎলে মরূপকীদমক্তা য়েংহুনা
অসিদগী হেনবা ভগবানগী গুণ অমা করি লৈরি ?

শ্রীরামচন্দ্রগী মফমদা বালীনা শিরমদাইদা হায়জখিবা রানি। রাহে অসিগী অর্থ হাইফেৎনা য়েংবদা শ্রীরামচন্দ্রবু থাগৎপা ওইনা উই, অদুবু মুম্না য়েংশিল্লবদি শ্রীরামচন্দ্রবু নিন্দা তৌবা ( থিনা হায়বা ) অর্থদা ভাই।

## ২৯। স্বভাবোক্তি

পোৎশক পোৎশক অদুগী স্বভাব ( nature ) অদু চপচানা 'কুপ্না' অঙকপা ফংনা বর্ণনা তৌবা অদু স্বভাবোক্তি অলঙ্কার কৌই।

(১) মমৈ লৈপাক্তা ফুহুনা খুজিন্না লৈমায় খোন্থু্না
মশাগী কাযাৎ থুপ্তুনা মালংদা তপ্পোং চোংহুনা,
জীব কয়াগী পুক্নীংবু থুকহন্না খোংহুনা
শাউবনা মমীৎ ঙাংনা কৈনা উমং তমলক্লে।

(২) লেপ্তুনা নন্দগী মমাঙদা কপ্লি গোপালনা ঙিক্না
মীৎকী পিনা পুক চোংনা।
লৈরক্লোই নংগী নয়ুমদা অরাবা পীরে ঐঙোন্দা
ঈমানা হায ননী হুরানবা হাযনা॥
অতোপ্পা অঙাং কয়ানা ননী চাবদি মখোয়না,
মমা কনা য়াওবগে মচাবু পুনবা ?
হায়নিংবা হায়য়ু ঐঙোন্দা লৈররোই ঐদি নয়ুমদা
ভমজদ্রে ঐনা অরাবসি খাঙবদা॥

ননাঁদি বলাইনা চাপ্লে হুরানবনা ঐভোন্দা শীরে
চুম্মি চুমদে খঙদনা ॥

বলরামগী পদাবলীগী অনুবাদ ।

## ৩০। আক্ষেপ

করিগুম্বা ব্রাহৈ অমদি হাযগে নীংবা, অদুবু করিগুম্বা অমা পাঙথোক্কে হায়দুনা ককথৎপা ( থাম্বা ) তারবদি আক্ষেপ অলঙ্কার কৌই ।

মসি মখল অনি শুই—হাযগদবা ব্রাগী মথক্তা ওইবা অমসুং হাযপ্রবা রাগী মথক্তা ওইবা ।

নৈনবা ঃ—"বিরোধাভাস" অলঙ্কারদা বিরোধ অদু অচুম্বা ওইদবা অদুগুম্না "আক্ষেপ" অলঙ্কারদসু "ককথৎপা" অদু অচুম্বা ওইদে। "ককথৎপা" অদুনা মমৈথঙদা থাঙ্গৈশেংনা বিধি ( অওইবা ) গী মশক্তা তারকই ।

(ক) হায়গদবা ব্রাগী মথক্তা ওইবা—

(১) কামগী লেনগী চৈনাখোল ফংলবী ঈতাগী মরমদা
খরদ হায়জগে ঈবুঙো। পোথাবিয়ু ঙৈহাক্তং,
মীনুংশি খঙদবা নঙোন্দা হাযরুদুনবু কৈদোনি ॥

কনাগুম্বী সখী অমনা নাযক অমগী মফমদা "মাগী মতাগী মরমদা করিগুম্বা রাফম অমতং হায়জগে" হায়খিবা ব্রাফম অসিমকপু অমুক "মীনুংশি খঙদবা নঙোন্দা হায়রুদুনবু কৈদোনি" হায়দুনা ককথৎলি ( হাযরবোই হাযরি )। মসি হাযশিন্নবনি। মসিনা মমৈথঙদা খঙলিবদি "ঐখোয়গী ঈতা অদুগী ফিভম অদু ওম্মোক্লা

ফত্রে, অহুনা হায়রুহুনদি থোইনা কান্নফম থোক্রবনি, অহুমকপু হায়দবদি য়াদে" অসিনি।

(খ) হায়খ্রবা রাগী মথক্তা ওইবা—

(১) ঈবেম্মগী হকচাং লংহিগুম কংথ্রে,
কনাগুম্বা অমনা শোকচবস্নু য়াদ্রে।
দশমী কৌবী দশাগী থোঙজিন্দা লৈহৌরে
উরগা লাকপনি অহীংগী মমৈদা।
ঙসিগী নুংথিল অসিমস্নু হৌখ্রে
অফ ফত্ত ঈতাগী খঙ্গদমঙায়রে বিধিনা॥

বিদ্যাপতিগী পদাবলীগী অনুবাদ

উদাহরণ অসিদা "খঙ্গদমঙায়রে বিধিনা" হায়বা অসিগী মমুঙদা "ঐদি খঙদ্রে" হায়বা রা অমা লোত্তুনা লৈরি। মসিনা অমুক করি খঙহল্লিবগে হায়ববু খঙহুনস্নু ঐগী ঈচিন্না পঞ্জনিংদ্রে, মরমদি ঈতাগী অবস্থা অহু ঐনা পল্লিংদ্রবা য়ৌনা থাংখ্রে।

তৌহল্লিংদবা মরম অমবু করিগুম্বা উদ্দেশ্য অমগীদমক থোরবা হায়শিন্নবা রাহৈনা তৌগনু হায়বদা ভাবা অহুবুস্ আক্ষেপ অলঙ্কার কৌই।

(১) গচ্ছ গচ্ছসি চেৎ কান্ত। পন্থানঃ সন্তুতে শিবাঃ।
মমাপি জন্ম তত্রৈব ভূয়াদ্ যত্র গতো ভবান্।

অনুবাদ—লেঙবিয়ু লেঙবিয়ু ঈবুংঙো' খুংলৌদবা ওইসনু লম্বীদো।
নঙনা য়ৌখিবা মফমদো অহুদা পোকচগে ঐহাকস্নু।

মীরৈপাক লাল্লমদাইদা বিদায় নীরিবা নায়ককী মফমদা নায়িকানা হায়রকপা রাহৈনি। নায়কপু নাযিকানা মীরৈপাক্তা

চংহন্নিংদবনি, অদুবু লেঙবিয়ু হায়রি। মুন্না থিরগা তৌগনু হায়বনি হায়না খঙলকই ॥ হায়রিবা অসিগী মনুঙ হুপ্তিনবা অর্থদি অসিনি হে ঈবুঙো! লেঙদবা য়াত্রবদি লেঙবিরো। তৌবদদি নঙনা লেঙখ্র-বদি নংগী খায়ন মৈচারু। ঐহাক্তি শোয়দনা শিরগদবনি। শিব পারবস্থ নঙনা য়ৌখিবা মফম অদুদা পোকপা ওইজগে।

## ৩১। তুল্যযোগিতা

প্রস্তুত (কবিনা বর্ণনা তৌগদবা বিষয) অমসুং অপ্রস্তুত (কবিনা বর্ণনা তৌগদবা নত্তবা বিষয়) শিংবু ধর্ম্ম অমত্তনা (গুণনা অমসুং ক্রিয়ানা) পুনবা হায়বদি প্রস্তুত অমসুং অপ্রস্তুতশিং অদু গুণগা মরী লৈনবা নত্রগা ক্রিয়াগা মরী লৈনবা অদুবু তুল্যযোগিতা অলঙ্কার কৌই।

অপ্রস্তুত মশেল গুণ অমত্তগা মরী লৈনবা—

(১) নংগী নশাগী থোংচবা মেঙ্‌জবা মতৌ উরগা
কনানা খল্লোইদবনো থাগী রেখা, মালতী,
কাওরবা লফু লেম্রাবু থোক্তে মেঙদে হায়নবু?

উদাহরণ অসিদা কবিনা বর্ণনা তৌনিংলিবা বিষয়দি (প্রস্তুত) নায়িকা অদুনি। অপ্রস্তুতনা থাগী রেখা, মালতী অমসুং লফু লেম্রানি। অপ্রস্তুতশিং অসি থোক্তবা মেঙদবা হায়বা গুণ অসি-মত্তগা মরী লৈনৈ।

প্রস্তুত মশেল গুণ অমত্তগা মরী লৈনবা—

(২) লজ্জা পুন্সিমু হকচাংমু কান্নদবা ভাক্তনি।

মখোয় অসিদগী কান্নবা—দান মিংচৎ মীতেং পাংবা
লৌগদবনি মীশিংনা ॥

"কান্নদবা" গুণ অসি প্রস্তুত ওইবা লন, পুন্সি অমসুং হকচাংগী বিশেষণ ওইরি। মরম অদুনা বিশেষ্য অমসুং বিশেষণগী মরী লৈনরি।

অপ্রস্তুত মশেন ক্রিয়া অমত্তগা মরী লৈনবা—

(১) শানৌ ঈবেম্মা। নঙবুদি চাকপদনি কামনা,
ঐবুদি পুমকেম কেমহল্লে।
মুংথিন্না থাজবু মকহনবা
অদুমক্তি য়ৌদে থরোদদি ॥

অভিজ্ঞান শকুন্তলম্।

মফম অসিদা 'থাজ. থবে.' অনিমক 'মকহনবা' ক্রিয়া অসিমত্তগী কর্ম্মকারক ওইরি। মরম অসিনা অনি অসি ক্রিয়া কর্ম্মগী মরী লৈরি।

প্রস্তুত মশেন ক্রিয়া অমত্তগা মরী লৈনবা—

(২) চান্নথোইবী নহাক্কী নখুত্তগী তাহৌবা
পুক্কীং ঈরাং হৌনবা অলঙ্কার ওইরিবা
মথরায়সু য়াওদবা পুক্তি অসিনা ঐগাক্কী
অরাব কোঙ্গায কোকপিরে নহাক্কুদি কোকপিদে।

অভিজ্ঞান শকুন্তলম্।

শকুন্তলাদা দুষ্মন্তনা হায়খিবনি। মসিদা প্রস্তুত ওইবা (কবিনা বর্ণনা তৌরিবা) থদৌ থুজি. শকুন্তলা অনি অসি "কোকপিবা"

ক্রিয়া অসিমক্তগী কর্ত্তৃকারক ওইনা লৈরি। অতনা অনি অসিদা ক্রিয়াগা কর্ত্তাগগী লৈনবা হৌনবা মরী অত্থ লৈরি। থম্বো খুজিনা অরাবা কোকপি, শকুন্তলানদি কোকপিদে। কোকপিদে=কোকপা তৌবিদে। শকুন্তলাগা "কোকপা" থবক্কা মরী লৈনৈ, "তৌবিদে"গা লৈনবা নন্তে।

## ৩২। দীপক

(ক) প্রস্তুত অমসুং অপ্রস্তুত অনিবু ধর্ম্ম (গুণ নত্রগা ক্রিয়া অমত্তনা পুল্লবদি দীপক অলঙ্কার কৌই।

(খ) অমদগী হেনবা ক্রিয়াগী কারকনা অমখক্তা ওইরবদি (কারক অমখক্তগা অমদগী হেনবা ক্রিযাগা মরী লৈনরবদি) দীপক অলঙ্কার কৌই।

**নৈনবা**—তুল্যযোগিতাদা প্রস্তুত মশেন নত্রগা অপ্রস্তুত মশেন গুণ নত্রগা ক্রিয়া অমগা মরী লৈবা। দীপকতনা প্রস্তুত অমা, অপ্রস্তুত অমা অনি অসিবু গুণ নত্রগা ক্রিয়া অমত্তনা পুনবা

(১) মপাঙ্গনগী নাপন্না তাইবং ওমগে নীংতুনা
অহানবা মপোক্তা তৌখিবগুম হন্দকী মপোক'সিদসু
ওংলি মানা তাইবংবু, সতী ওইবী সুপীসু
মীগী লেঙদবা স্বভাবসু মপোক মপোক খুদিংদা
চঙজরৈ নিপা ওইবদা

শিশুপালবধ মহাকাব্যগী অনুবাদ।

নারদ মুনিনা শ্রীকৃষ্ণদা শিশুপালগী থৌরাং তম্বনি—

মফম অসিদা প্রস্তুত মীওইবগী লেঙদবা স্বভাব। অপ্রস্তুত—সতী ওইবী সুপী অনি অসি 'চঙজবা' ক্রিয়া অসিমগা মরী লৈনরি।

(২) মুপী অমস্তুং অঙাংদি মহৌশানা পঙবনি।
মখোযগী মরাল থিবদি অপংবগী খুদম্নি ॥
কনাগুম্বা মী অমনা মুপীগী মরমদ হাযবা য়ানি।

মফম অসিদা প্রস্তুত মুপীনি, অপ্রস্তুত অঙাংনি। অ-
অসিবু 'পঙবা হাযবা ধর্ম্ম অসিমক্তনা পুমকোন কোল্লিল্লি।

(৩) "লৌরিস্নু চল্লে তেঙ্গাস্ন থোংলে,
শক্তিদা তেল্লা কাপ্পদি চুম্মাইদারি ঐহাক্তি"

অভিজ্ঞান শকুন্তলম্

'লৌরি চনবা' 'তেঙ্গা থোংবা' ক্রিয়া (ধনক) অনি অ-
কর্ত্তৃকারকতি চুম্মক মথন্দনি। মথন্দনা থবক অনিবু তৌনবনি।
দীপক অলঙ্কার ওইরে।

(৪) নহাক্না লমদম তামথ্রবদ,
কামগী তেন্ন পাল্লবী
মানা হৈহাক হৌগৎলি,
হৈহাক প্যাঙ্গায়ন্ন মতুমই,
লাকই নঙগী নযুমদা
হনখি অহুদগী খাঁন্দন
নোকই অমুকস্ন মকপ্পি ॥

কনাগুম্বী অমনা নাযক অমগী মফমদা মাগী মতাগী অবস্থ
বর্ণন তৌবা য়াহৈনি। মফম অসিদা নায়িকা মথন্দনা হৌগৎপ-
চিংবা থবক মখল কযামুক তৌরি হাযবা তাক্লি।

## ৩৩। সহোক্তি

লোয়নবা খঙনবা রাহৈ শীজিন্নরগা পোৎশক অমথক্কনা অমদগী হেনবা পোৎশক্কা মরী লৈনরবা, অদুগী মথক্তা অতিশয়োক্তিনা মনুঙদা মপুঙ ওইনা লৈরবা মতম অদুদা "সহোক্তি" অলঙ্কার কৌই।

(১) রাজ্যদুনা জ্ঞান লৈত্রবী ইন্দুমতী অদুনা
থাওগী মরীক্কা লোযনবা পীরুবা থাউমৈ মৈরীগুম
লৈমাযথক্তা তাখি অজ নিংথৌগা পুন্না

রঘুবংশগী ৮ম সর্গগী অনুবাদ।

উদাহরণ অসিদা "পুন্ন" হায়বা লোযনবা খঙনবা রাহৈ যাওরি। "তাখি" হায়বা রাহৈ অসিমক্তনা অমদগী হেনবা 'ইন্দুমতী' তমসুং "অজ" অনিগা মরী লৈনবি। অদুগী মথক্তা অতিশয়োক্তি কনম্না লৈবি? যেংশি—ইন্দুমতীনা লৈমাযদা তাবদু উবদগী অজসু লমাযদা তাখিবনি। অদু ওইববদি 'অজ না ইন্দুমতীগী মতুঙদা লৈমাযদা তাফম থোকই। অদু ওইববদি 'অজ' না লৈমাযদা শান্দুনা তাবগী মরম অসি ইন্দুমতীন লৈমায়দা তাবদুনি। মাগী মাগানা অজনা তাবদুনি।

কার্য্যকারণ অনিগী অকোন অহান অদু কবিনা যেংলমদ্রে। মরম অসিদা লৈবিবা অতিশয়োক্তি অলঙ্কারবু মসিনি। কবিগীদমক কবিনা অকোন অহানগী নিযমবু থুগাইদুনা পুন্না হায়রম্বনো হায়বদুদি মুন্না থিরগা "অজনা লৈমাযদা তাখিবদু অসুক্কী মতীক য়াওশিনখি মদুদি, মতম অমত্তদা থোকখিবনি হায়বসু যাবা ওইনা থোকখি" হায়না খঙই।

## ৩৪। অনন্বয়

ৱাহৈ পরেং অমত্তদা পোৎশক অমত্তনা উপমান অমসুং উপমেয় অনিমক ওইববদি অনন্বয় অলঙ্কার কৌই।

নৈনবা —"ৱাহৈ পরেং অমত্তদা" হায়রম্বসিনা তোঙান্নবা ৱাহৈ পরেং অনিদা পোৎশক অমত্তনা উপমান অমুক, উপমেয় অমুক ওইববদি অনন্বয অলঙ্কাব ওইরোই। মতুদি —অহানবা ৱাহৈ পরেং—শ্রীগৌরাঙ্গগী মাযথো দি শবৎকী থাক্ত মানবনি।

ৱাহৈ পবেং অসিদা "শ্রীগৌবাঙ্গগী মাযথোং" উপমেয়নি।

অনিশুবা ৱাহৈ পবেং—নদীযা নগবগী মনুডদা শ্রীগৌরাঙ্গগী মায়থোংগুম্বা কনাগী মায়থোং যাওই ?

ৱাহৈ পরেং অসিদা "শ্রীগৌরাঙ্গগী মাযথোং" উপমাননি। অতুনা অসিগুম্বা মতাংদা অনন্বয অলঙ্কাব ওইবোই।

(১) গগনং গগনকাবং সাগবং সাগবে পমম্
বামরাবণয়োর্যুদ্ধং বামরাবণযোবিব ॥

অনুবাদ—আকাশগুম্মি আকাশনা সমুদ্রগুম্মি সমুদ্রনা।
রাম বাবণগী লান্ন রাম বাবণগী লানগুম্মি ॥

## ৩৫। (শ্লেষ অর্থ)

শব্দ অমখক্তনা অমদগী হেনবা অর্থ খঙহল্লবা মতম অতুদা শ্লেষ (অর্থ) অলঙ্কার কৌই।

(১) থোকহনবা অফবা থবকপু অমোৎপবু কোকহনবা মাযকৈগী
অচৌবা মঙানবু পুতুনা ঙাল্লি বিভাকরনা ॥

মফম অসিদা "বিভাকর" শব্দ অসিমত্তদগী 'নুমিৎ' অমস্তুং "বিভাকর" কৌবা নিংথৌ অর্থ অনি খগুলি।

(২) নগুস্তু ঐস্তু চাথক্লে হৌজিক করিস্তু লৈত্রে।

মফম অসিদা (১) চা ( Tea ) থক্লে।

(২) চা থক্লে—চাবা থকপা লোইরে।

## ৩৬ পরিবৃত্তি

কনাগুম্বদা কবিগুম্বা অমা পীগ্রগা মগোন্দগী করিগুম্বা অমা লৌবা (ওন্নবা)ব পরিবৃত্তি অলঙ্কার বৌই। মসি মখল অহুম্নি—

(ক) মান্নবা পোৎ পীগ্রগা মান্নবা পোৎ লৌবা।

(খ) অহেনবা পোৎ পীগ্রগ অরাৎপা পোৎ লৌবা।

(গ) অবাৎপ পোৎ পীগ্রগা অহেনবা পোৎ লৌবা।

(১) ঐখোযদা মীৎয়ে পীনমল থম্মোর লৌখ্রে মহাক্না।
ঐনদি থম্মোয় পীগ্রগা কামগী মৈচাক লৌহৌরে।

মফম অসিদা অহানবা পাবংদা মান্নবা পোৎশক অনি ওন্নবা। অনিশুবা পরেংদা অহেনবা পোৎ পীগ্রগা অরাৎপা পোৎ লৌবা।

(২) চহি অহল ওইববা স্বর্গদস্তু লৈগ্রবা
জটায়ু মহাক্কীদমক রানিংঙাযবু কবিনে? 
থাগী মঙালগুম ভৌরবা মীৎচত্তু লৌথবে,
অমনবা মশা পীরগা।

মফম অসিদা মীৎচৎকা হকচাংগা মীৎচৎনা হেল্লি। অরাৎপা হকচাং পীথোক্লনা অহেনবা মীৎচৎ লৌখি।

## ৩৭। সমাধি

করিগুম্বা থবক অমা পাঙথোকে নিংবদা মতম অতুগী ওইবা মরম খরতুনদি পাঙথোকপদা লুনা থোকপা থবক অতু লাইগী নোংদমদগী খঙহৌদনা লাকপা মরম অমনা লায়না পাঙথোকপগী বর্ণনাবু সমাধি অলঙ্কার কৌই।

(১) মানমস্যা নিরাকর্ত্তুং পাদয়োর্মে পতিষ্যতঃ।
উপকারায় দিষ্ট্যেদমুদীর্ণং ঘনগর্জিতম্ ॥

সহিত্য দর্পণ

অনুবাদ—মাগী অশাউবা কোক্রবা মখোঙদা তুগে নিংলিবা
ঐগী ঈতেং পাংবিগে হায়দুনতুম লাইবন্না
তন্না নোংনা খোংলকই ॥

## ৩৮। ভাবিক

ওইখ্রবা অমসুং ওইরক্কদবা থৌদোকশিংবু মীংনা হৌজিকমক উবগুন্না বর্ণনা তৌববদি "ভাবিক" অলঙ্কার কৌই।

(১) অমম্বা যমুনাগী তোর্ব্বান্নি মতম হায়রে অচৌংনি,
অপনবা পুন্নমক খন্দন খিরি নিকুঞ্জবন বাধানা।
অকিবা ফংনা নোংনা চুবি অতংপা লৈতনা
অর অব লাঙনা
অতুগী মথক্তা নিকুঞ্জবন লাপ্পা নক্তে খরদা,
যুম খুদিং থোঙ লোল্লে কনা যাওদে লোয়নবা,
মদনমোহন মথন্দনি।

রবীন্দ্রনাথগী পদ্যগী অনুবাদ

## ৩৯। পর্য্যায়

(ক) পোৎশক অমত্তনা মথণ্ড মথণ্ড ওইনা মফম কয়ামকমদা লৈরবদি 'পর্য্যায়' অলঙ্কার কৌই।

(খ) ভোঙান তোঙান্নবা পোৎশক্না মথণ্ড মথণ্ড ওইনা মফম অমত্তদা লৈরবস্মু পর্য্যায় অলঙ্কার কৌই।

(১) (ক) অহানবা তাবকপা নোংলিক্না মাগী মপাদা পল্লম্মি,
মতুংদা চীনবান্দা য়ৈবরে অতুদগী থবাক মতা ফবদা
তারক্লগা ঈচোই চোইতুনা পুকথুপশিংদা নাম্থখি
পল্লোন'পুম্বা লাল্লগা তুখি খোযদো মমুণ্ডদা॥

কুমার সম্ভব মহাকাব্য অনুবাদ।

মাগী পার্ব্বতীগী।

(খ) মহাবাজ' নহাক্কী যেক্লবগী নুপী খিনিক্লা
লৈজরম্বা কোনুং'দো হৌজিক্কা মতম সিদদি
কৈগী ৰাককী লমহুইগী লেঙদবা মফম ওইখরে।

## ৪০। সামান্য

গুণ মান্নখিবনা মরম ওইতুনা প্রস্তুত (কবিনা বর্ণনা তৌনিংলিবা) অতু অপ্রস্তুত (কবিনা বর্ণনা তৌনিংদবা) পোৎকা তোঙান্নদবা ওইনা থোকপ্রবদি "সামান্য" অলঙ্কার কৌই।

(১) ঙৌরোক ঙৌরিবী মহাক্না ফীজোন অমুবা শেৎপদা
থাশিগী অহীংগা খেন্নদ্রে—যৌনিংবা মফম য়োঁজখ্রে।

## ৪১। অনুকুল

প্রতিকুল ( ফত্তবা ওইগদবা ) ওইবা পোৎ অত্তুনা অনুকুল (অফবা অমস্মুং নুঙঙাইগদবা পোৎ ) ওইরবদি 'অনুকুল' অলঙ্কার কৌই।

(১) কুপিতাসি যদা তন্বি ? নিধায় করজক্ষতম্।
বধান ভূজপাশাভ্যাং কণ্ঠমস্যদৃঢ়ংতদা ॥

সাহিত্য দর্পন।

অনুবাদ—ঈতা ! নঙনা শাউববদি মশাদা খুজিন্না খোৎলগা
নপান্থোম থৌবিনা পুল্লু মখৌবিবু চেৎনা ॥

খুজিন্না খোৎপা অমস্মুং পুনবা হায়ব, থবকসি য়াননবগী মরম ওইবা থবক্তি, অত্তুবু নায়কশিংগী মফমদদি নাযিকা ওইবীশিংনা খুজিন্না খোৎপা থৌবিবু পান্থোম্না কোনব হায়বসিদি—অহোইননা নুঙঙাইনবগী মরম ওইনা থোকপ্রে ॥

## ৪২। ব্যাজোক্তি

করিগুম্বা থবক অমা মকা ফোংথ্রবস্মু মত্তুবু থুপ্পবা হোৎনরবদি 'ব্যাজোক্তি' অলঙ্কার কৌই।

(১) অনস্থুয়া ! অনৌবা কুশ মতোন্না খোঙদা য়ুরে অমস্মুং
কুরুবকগী মশাদা
ঐগী উকু অসিস্মু পনথ্রে, ঐবু ঙাইবমখো, অমুক্তা
লৌথোক্লকখিগে।

তুম্মন্তগা য়ারী শাত্তুনা লৈবস্বদগী নেপথ্যদা লাউরকপা "তাবিযু তাপস পুন্নমক ! শামু অমথক লাক্লত্তুনা মুপী অঙাং পুন্নমক মীপাইনরে" হায়বা য়াহৈ অসি তাবদগী তুম্মন্তবু বিদায় তৌরম্লগা

মাগী চেংলৌ য়েংনা য়েংনা লাকপদা খোঙথাং তপথহৌরবী মতা-শিংনমু তশেংনা খঙগ্রবী শকুন্তলানা তাৎ তৌদ্রনা মতা অনসূয়াদা হায়খিবনি।

## ৪৩। রশনোপমা

উপমেয় অতুনা মখা মখাগী রাহৈদা উপমান ওইরবদি রশ-নোপমা অলঙ্কার কৌই।

থাগুম্মি কাঙভনা অঙৌবা মচু য়েংবদা,
কাঙভগুম্মি শানৌন, নীংথিবা শাজৎ য়েংবদা।
শানৌগুম্মি ঈশিংন, শোকপদা হুঙভাইবা মগুণনা
ঈশিংগুম্মি অতিয়ানা তরু তরুবা মগুণনা।

## ৪৪। উপমেয়োপমা

মথক থংবা রাহৈ পরেংগী উপমেয অমসুং উপমান অতুনা মখাগী রাহৈ পরেংদা মথং মনাও নাইনা উপমান অমসুং উপমেয় ওইরবদি উপমেয়োপমা কৌই।

সুংথিন্দা মাগী মাযথোংনা থাগুম্না নীংথিজে।
থা মাস্ম অহিংদা মাগী মায়থোংগুম নীংথিজৈ।

উদাহবণ অসিদা মথক্কী রাহৈ পবেংদা মাযথোং উপমেযনি, থানা উপমাননি। মখাগী রাহৈ পরেংদদি মথক্কী উপমেয় মায়থোংনা উপমান, উপমান থান; উপমেয ওইরি।

## ৪৫। অধিক

আধার ( তুংনফম ), আধেয় ( তুংলিবা পোৎ ) অনি অসি মহৈ মহৈ মতীক চানদ্রবদি অধিক অলঙ্কাব কৌই।

আধারনা আধেয়দগী হেনবগী—

(১) সমুদ্র মাগী মতৌকপু ঐখোয়না করিদা থাসিগে, তাইবং পানবা খিবিকপু মবুক্তা হাপ্লগা হরিনা মাগী মচি অমদা কনা খঙদনা লৈখিবনি।

আধারদগী আধেযনা হেনবগী—

(২) প্রলয়গী মতমদা তাইবং পানবা খিবিক্লা মাগী মপাদা লৈবদা ঈরায লাযনা চনখিবা, অতুগুম্বা হরিগী মশাদা নারদ ঋষিনা লাকপদা ওইখিবা মুঙতাইবা অতুনা লৈবদদি চনখিদে।

## ৪৬। অনুমান

ব্যাপ্য ( করিগুম্বা পোৎশক অমবু খঙহনবা ঙম্বা পোৎ ) বু খঙবদগী ব্যাপক ( খঙনগদবা পোৎ ) পু খঙলকপা অসিগী মথক্তা অতৈ অলঙ্কারগী ফজবসু যাগুরবদি অনুমান অলঙ্কার কৌই।

কনাগুম্বনা চীংদা মথঙ মথঙ কারক্লিবা মৈখু উরগা খল্লকই— 'চীং অসিদা মৈখু লৈরবনিনা মৈসু লৈরে।" হন্দক্কী মৈখু লৈবে খঙবনা মরম ওইহুনা মৈ লৈরে হায়না খঙবসিবু অনুমিতি (জ্ঞান) কৌই। ব্যাপ্য—মৈখু লৈরে খঙবা, ব্যাপক মৈ লৈরে খঙবা।

নথম্মোযদা নঙগী চান্নথোইব'হুগী
মাযথোঙ থাজহু থোক্লে কল্লি অসুম্না ঐনা।
রাওথাংনরে নশাহু মহাক্কী মঙান্না
নমীৎ থম্বালসু উমশিল্লে উরি ঐগী ঈমীৎনা॥

মফম অসিদা "মায়থোঙ" থাজ "নমীৎ থম্বাল" রূপকালঙ্কারম্ লৈরে।

## ৪৭। অন্যোহন্য

পোৎশক অনি অমনা অমগী মহৈ মহৈ কারণ ( মরম ) ওইরবদি অন্যোহন্য অলঙ্কার কৌই।

(১) মতাফবা থবাক্তা ময়ায় কাঙনা লৈরিবা
শনরীক পরেং অকোয়বা, মাগী ভকশম, অনি'সে
অমনা অমগী মতেঙ লৌ, মহৈ মহৈ নীংথিখি॥

কুমার সম্ভব মহাকাব্য

(২) অহীংগী ফজবা থাননি থাগী ফজবসু অহীংননি।
কৃষ্ণগী ফজবা রাধাননি রাধাগী ফজবসু কৃষ্ণননি।

## ৪৮। বিচিত্র

পামজবা মহৈ ফংজগে নীংলগা মতুগী ওল্লবা থবক তৌববদি বিচিত্র অলঙ্কার কৌই।

মীনাই নত্তবা কনানা
মকোক নোনবগে রাংনবা
থরায় কৎপগে হিংনবা
রাবগে নুঙঙাইননবা ?

## ৪৯। পরিসংখ্যা

(ক) কনাগুম্বনা হংলকপদা কনাগুম্বনা খুম্লকপা য়াবা অদু ককথৎলবদি পরিসংখ্যা অলঙ্কার কৌই।

লেঙদবা লৈতেং করিনো মীংচংনি, রত্তন নত্তে।
ভৌগদবা থবক করিনো পুণ্য চেনবা থবক্কি, পাপত্তি নত্তে।
লেঙদবা মীংত্তি করিনো বুদ্ধিনি, নত্তে মীং অনিসি।

(খ) হংবা অমসুং খুম্বগী মতাং নত্রবদস্মু পোং অনিগী মমুঙদা অমবু লৌরগা অমবু থাদোক্লবস্মু পরিসংখ্যা অলঙ্কার কৌই।

খুংকী লৈতেং দাননি নত্তে খুজিনা
নাকোংগী লৈতেং ওইবনি কৃষ্ণ নাম তাবনা
নত্তে কুণ্ডলনা করিস্মু।

৫০। ব্যাঘাত

কনাগুম্বনা করিগুম্বা উপায অমনা পাঙথোকপ্রবা থবক অদুবু অতোপ্পা কনাগুম্বা অমনা অমুক উপায় অদুমক্ক অরেম্বদা তাহল্লবদি ব্যাঘাত অলঙ্কার কৌই।

দৃশা দগ্ধং মনসিজং জীবযন্তি দৃশৈব যা।
বিরূপাক্ষস্য জয়িনীস্তাস্তমো বামলোচনাঃ॥

সাহিত্য দর্পন।

মহাদেবগী মীৎনা যেংবদা
চাকপ্রিবা কাম মহাকপু
মথোযনা মমীৎনা য়েংবদা
ঈরায় লাযনা হিংহল্লি।
মহাদেববু ঙমলিবী
মুপী মথোয অদুবু
থুরুমজরি ঐথোয়না॥

## ৫১। সমুচ্চয়

কারণ (মরম) অমত্তনস্থু থবক থোকপা য়ারবা মফম অদুদা কারণ অতৈ খরস্থু চঙলক্লবদি—সমুচ্চয় অলঙ্কার কৌই।

হে মলয় নুংশিৎ নামিবা। চন্দনগী চীঙদা পোক্লিবা
গোদাবরী তুরেনগী ঈংলবা ঈচীক পুরিবা!
পুকচেল চাউবদা ফাওরিবা। অকনবা লাম্মৈনা তৌবগুম
নঙনা ঐবু চাক্লবদি বনদা লৈবা অমুবা
কোকিলদদি করি হাযসিগে॥

মফম অসিদা নিপা অত্তুবু নুংশিৎনা চাকপগী মরম চান্নবীগা কাযনব, হাযবা অসিদনস্থু যারবদা নুংশিৎকা বিশেষণ কযামরুম্মুস্থু চাক্লবগী মরম ওইনা উৎলি।

## ৫২। বিশেষ

(ক) আধার যাওদনা আধেয় লৈবা হাযবদি লৈফম য়াওদনা পোৎ লৈবা।

নত্রগা

(খ) পোৎশক অমত্তনা মফম কযামুক্তা লৈবা অসিবু বিশেষ অলঙ্কার কৌই।

(ক) নোঙ্গাগ্রবা কবিগী মগুণ চেল্লবা ব্রাহৈনা
চহী কুমজা কয়া চুপ্পা লৈরি তাইবং পানবদা॥

মফম অসিদা মগুণ চেল্লবা ব্রাহৈগী লৈফমদি কবিনি, মহাশক্তি নোঙ্গাগ্রে। তৌইগুম্বস্থুং মরাহৈনা লৈঙৌবা অসি লৈফম য়াওদনা লৈবনি।

(খ) হে সখী। মহাকপু চাংদা মান্দা থক্তা খাদা।
ঐগী ঈমীৎ অসিনা উরি মতম খুদিংদা॥
শ্রীমতী রাধানা মাগী সখীদা হায়বা য়ানি।
মহাকপু=শ্রীকৃষ্ণবু॥

## সংসৃষ্টি অমসুং সঙ্কর

কবিশিংগী শৈরেংদা মথক্তা উংখ্রিবা অলঙ্কারশিং অসি অমদগী হেন্না য়াওবা ( লৈবা ) উরি। মতৌ অসুম তৌনা শৈরেং অমগী মশাদা অলঙ্কার অমদগী হেন্না লৈবসিবু মথল অনি থোক্ন খাইদোক্নি। মহুদি সংসৃষ্টি অমসুং সঙ্কর।

### সংসৃষ্টি

থোইদিংগা চেঙগা য়ান্নখ্রবসু খন্দোকপদি যাবগুম্না শৈরেং অমগী মশাদা অলঙ্কার কয়ামরুম যান্নখ্রবসু খন্দোকপা য়ারবদি অহুবু সংসৃষ্টি কৌই।

### সঙ্কর

যঙ্গোমগা ঈশিংগা যান্নখ্রগা খন্দোকপা য়াদবগুম্না শৈরেং অমদা অলঙ্কার কয়ামরুম য়ান্নখ্রগা খাইদোকপা যাত্রবদি মহুবু সঙ্কর কৌই।

অলঙ্কার শাস্ত্রদা অনি অসিবুসু ঈতোপ ভোপ্পা অলঙ্কার অমা ওইনা লৌনৈ। মাগী মবম খুদম অমা তাক্লি। কনাগুম্বী নীংথিবী অমগী মহৌশানা ফজরবা খুৎ অহুদা খুজি অমা শিরি। মহুনা খুৎ অহুগী ফজববু অমুকসু হেঙ্গৎহল্লি। খুৎকী মচাদা খুদোপ, খুজেংদা খুজি অসুম তৌনা অতোপ অতোপ্পা মফমদা লৈহুনা লৈতেংশিং অসিনা খুৎপু ফজহল্লি। তোঙান্নবা মফমদা লৈরিবা লৈতেংশিংনা

তোপ্পা তোপ্পা খুৎপু ফজহনবত্থ্গী মথক্তা লৈকম চানা লৈশ্রবা লৈতেংশিংনা পুল্লপ পুনখিবসিনস্থ অমুকম্থ ঈতোপ তোপ্পা ফজবা অমা থোকপগুম্বনি।

## সংসৃষ্টি

কনাগী মচীন্না শোক্তিবা থোংলবা চীনবান্না লেঙবদি।
খৌরাংজন্নবা ঐঙোন্দা ননীগুনি তাকপা মতানি॥

অভিজ্ঞান শকুন্তলম্ ৩শুবা অঙ্ক।

"কনাগী মচীন্না শোক্তিবা" ৱাহৈ অসি, "থোংলবা" হায়বা অসিগী মরন্নি। অদুনা মতাঙ অসিদা কাব্যলিঙ্গ অলঙ্কারনি। "তাকপা মতানি" অসিনা উৎপ্রেক্ষানি। অলঙ্কার অনি অসি শৈরেং অমত্তদা পুন্নদি লৈ হায়ববু শব্দক শব্দকতা মচা তানা তানা (য়েংশিন্নদনা) লৈবা মরম্না সংসৃষ্টিনি।

## সঙ্কর

(১) মহৈমরোং চুম্নগা উপালনা মক্ক লুকপনি,
নোংনা তারমদাই য়োরগা নেমথরকপস্থ মহৌনৈ।
মচাক মরল্লা অফব মীদি চাউথোক লেমথোক্তব মথৌনি,
মীতেং পাঙ্গনবশিংগীদি পুম্নমক অসি স্বভাবনি॥

অভিজ্ঞান শকুন্তলম্ ৫ম অঙ্ক-১৩শুবা শৈরেং।

উদাহরণ অসিদ কবিগী বর্ণনাগী বিষয় নত্তবা (অপ্রস্তুত) "অফবা মী" হায়বা ৱাহৈ অসিদগী তুম্নত্তগী মশক্ ওইবা অফবা অথম্নবা মীশক অসি খস্তবদগী অপ্রস্তুত প্রশংসালঙ্কার লৈ। মথকী পরেং অহুমগী ৱাহৈনা তাক্লিবা অর্থবু অরোইবা পরেংগী ৱাহৈনা

সমর্থন তৌরি। মরম অদুনা 'অর্থান্তরন্যাস' অলঙ্কার লৈ। অলঙ্কার অনি অসি অঙ্গ অমসুং অঙ্গীগী মরোঙদা লৈবনিনা সঙ্করনি।

অঙ্গ—করিগুম্বা পোৎ অমগী মশাদা লৈবা পোৎশক অদুবু শেমগৎনবগী মচাকস্থু ওইবা শরূক।

অঙ্গী—মথক্তা হায়খ্রিবা শরূক কয়ামুক অসিনা শেমদুনা থোকখ্রিবা পোৎ।

মথক্কী পরেং অদুম্না হাযবা রাবু মমৈথংলগী রাহৈনা সমর্থন তৌবা "অর্থান্তরন্যাস" অলঙ্কারনা শৈরেং পুম্নমক্তা চঙদুনা লৈরি। অদুনদি "অর্থান্তরন্যাস" অলঙ্কারবু শেম্বা শকক্তি, শৈরেং অসিদ য়াওরিবা রাহৈ পরেং কয়ামুক অসিনি। অদুনা মখোয় অসিনা অঙ্গ, "অর্থান্তরন্যাস" না অঙ্গীনি।

অঙ্গী মনুঙ চন্না "অপ্রস্তুত প্রশংসা" অলঙ্কার লৈরি মদুমক্তদা অমুকস্থু "অর্থন্তরন্যাস" অলঙ্কার লৈবি। মখোয় অনি অসি অঙ্গ অমসুং অঙ্গীগী মরোঙদা লৈবিবনিনা, ফিগা লগা খাইদোক্নব য়াদবগুম্না খাইদোক্নবা যাদনা লৈবি।

(১) মখোঙ খংদবা মীনাক্ল ময়া য়াতোন উরিব,
ময়েক শেংদবা মখোযগী মরাহৈনা পুক্লাং হুরিবা,
মপা ওইবগী তম্পাক্ত কাখৎচগে নীংলিব,
মচা অদুগুম্ববু পমজরুবদা রাউরব
মখোয অদুনি ভাইবংদা পুণ্যচেনবা নিপাদি॥

অভিজ্ঞান শকুন্তলম্ ৫ম অঙ্ক ১৭শুবা শৈরেং।

মফম অনিদা অঙাংগী স্বভাব অদুবু চপচানা বর্ণনা তৌবদগী স্বভাবোক্তি অলঙ্কার মথক্কী পরেং অদুমদা লৈরি। অদুগা 'মচা

অতুগুম্ববু পামজকবদা রাউববা মখোয় অতুনি তাইবংদা পুণ্য চেনবা নিপাদি" রাহৈ পরেং অসিন। অতুগুম্ব। মীশকশিং অতুতনি পুণ্য চেনবদি, ঐখোয়দি নংতে হায়না তাকপদগী পরিসঙ্খ্যা অলঙ্কার লৈরি। অসিগুম্বা পয়িসঙ্খ্যা অলঙ্কারগী অঙ্গ (শেম্নবা শরুক) দি মথক থংবা পরেং অহুমগী রাহৈ পরেংন। ওইরি। "স্বভাবোক্তি" অলঙ্কার লৈব মফম অতুদস্ত 'পবিসঙ্খ্যা" অলঙ্কার লৈরি, খাইদোক্লব য়াদে। অতুনা "শঙ্কব" অলঙ্কাবস্ত লৈ।

(৩) "কোটি থাবু ভমজব,—মাযথোং থম্বালগী মনম্নি"

রাহৈ পরেং অসিদা "মাযথোং থম্বাল" হাযবা রাহৈ অসিনা মায়থোংবু থম্বাল ওইনা হাযবনিনা "রূপক" অলঙ্কারনি। অসিগুম্বা মাযথোং অসিগী বিশেষণগী মশক ওইনা "কোটি থাবু ভমজব" হাযবা রাহৈ অসিনা উপমান ওইব থাদগী উপমেয় ওইবা "মায়বু" না হেন্না হাংরবনিনা "ব্যতিরেক" অলঙ্কারনি। "ব্যতিরেক" অলঙ্কারনা কোম্লিব: রাহৈ অসি "রূপক" অলঙ্কারনা কোম্লিবা রাহৈগী বিশেষণ ওইরি। 'কোটি থাবু ভমজবা মাযথোং থম্বাল" রাহৈ অসিমগী মতুংদা পুল্লপনা অলঙ্কার অনি অসি লৈরবনিনা "সঙ্কর" অলঙ্কারস্ত লৈ। "ব্যতিরেক" না বিশেষণগী শরুক্তা, "রূপক" না বিশেষ্যগী শরুক্ত। লৈবনি, অতুবু রাহৈ পরেং অমা লোইশিল্লকপা মতমদদি বিশেষণদা হায়রগা বিশেষ্যবু হাযদ্রবদি অর্থ থোক্তবনিনা অনিমক পুন্না হায়দবা য়াদ্রে (খাযদোক্লবা য়াদ্রে)।

লোইরবা